কোংদোকচবা

শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহ।
শিংজমৈ মখোংবম লৈকাই।



মরিশুবা খুৎনম — ১৯৮৯ ইং

নম্ফম
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল।

৺সরোজিনীদেবী পাল—
ইমাশকপী ইন্দোন-ইবেম্মগী
খুমাথাদা নচাগী 'ইমা' অসি কচ্চরি।

পিরকপা চিঠি—

# জৈ শ্রীহরি

প্রিয় রাজকুমার শীতলজিৎসিংহেষু।

ইবুঙো

ইবাই সপ্রেম মঙ্গল-কামনা লৌ।

'ইমা' পারে—*পারে নত্তে—থক্রে। ময়াই ফনা কৈ ফনা নিংথিনা কয়ি। ঙাঙরে—ঙাঙরি—ঙসিদি থাথাইমুক হায়রক্রে মংলান অমদা তাউরি। পুক্লিং চোইরি—ঙাঙরি—লয়াইদবা খোঙকম অমদা লৈরি। করিদৌরি হাইকম থঙদে—যামক্রে। মতোমদা তুমিন তুমিন ইচৈ অমদি ঙংবা তায়। তাদ্নীংবরা? ছংক্লে তাও।*

নাশংনা য়োম্বা ফুলেলদো লৈশক হেল্লি শীংথানৈ,
ইপোম্না বায়বা থম্বালগু লৈওং নিংথি ছৈছৈক্লে,
থারোইনবা থাবল্লেগী লৈনম মুংশি থাগৎনৈ,—
লৈরাং লৈরূপ চিংখিবনা নাকা য়েংকা মনোপচৈ।
শীতল-কাব্য-কাননগী ইমা-লৈরাংনা মহেৎজৈ।
সেঁ উতি ক্ষৌবী লৈরাংদো লৈগুণ শুনা মচেজৈ;
পিক্তক চেংতক ইনৌ নৌ লৈশক লৈতোদা মপাজৈ;
ইংনা মেংনা থম্মোই-খোল লৈনম্নিদস্নু মপাজৈ;
নম্ন-নম্ন লৈমুংশি থম্মোই খোনবদা মহেৎজৈ:
শীতল-কাব্য-কাননগী ইমা-লৈরাংগা মাম্নজৈ।

খংলবরা মাগী মুঙঙাইবগী মচাক অমা ? করি মঙ্ মঙলি ? শেমজরিবা কাব্য-কাইন 'ইমা'গী গুণতনা লেঙলরোই। 'ইমা' মথোঙ ছোম্বা তনগনু, নোংমা মনম ফুকায়রদৌরি।

সমালোচনা অমা ইগে নীঙ্ঙুরে—কোলোম পায়থংলুরে। করিমতা চত্তে। কয়ম চংকনি ? খুদক অমত্তদা রাখল-নোংথাং পরেংনা মাইকৈ মরিদগী কুপশিল্লকপদা পুমথক থকখরে—পুমঙক ঙকখরে—মুংবংনরে। শরংথাগী থায়াইদা য়াচং-তিয়া-কারলদা নোংপোক-নোংচুপ পা, খাগা রাংগা লেপ নোংথাংনা ফীরাল হাইনবা উরবরা ? অদু উরবদি থরদং খঙবা ঙমগনি। য়েহৎলে— খংচৎ–চৎলোইদৌরি।

ঐগী মোত থরদং থুনা খঙনিংবা য়াই। অদুনা চিঠি অসি ইরিবনি। খংবদাই ঐ মহৌশানা কাঙঙগী ফোরোই চংলি। নাকল নামতা য়েংবরা রাগনু। থাগী কালিমা লৈতেং ঙইনা থোকই ভাবোক্তা—নিংথিবা মঙাল মম্মি পৌরাণিক্তা। অদুবু জগত্তা অমম-অঙাল থানদে, অমম্বনা হেল্লে মম্বনি ; অদুগা অঙানবনা হেল্লে ঙামবনি।

ইমাগী লোল—লায়না ফজে চম্না লুই ; অদুদা নত্তে, থম্বাইগী নাসোল অমা ফংঘগুম তৌই। পীথোরকপা কোলোমগী ফুররিংবা মপাউ ঙইনা উই। শজিবু থাজিনগী পী-থাদোইগী থোম্বাংগুম থম্মোইদা থঙ্-থঙ্ পানবগুম তৌই। নশাদি থঙেঙাই। থাদোয়না চেক্লা পংহৌ-হরাওউজহনা মনিং তম্না পংথোং মথোংজবনি। কোকিলনা পঞ্চম থোঙ্গে থোংবরা ? বাহোংনা নিখাক ( নিষাদ ) ছক্তে ছকপরা ? ভাবোক্তনা খঙবনি। থারোয়নননা

পংথোং মথোংঙো। কাংলেলনা পীথাদোইদা খোম্বাং নীজবা হাপ্পবা য়াবরা ?

মমুং — মশাম্মা ফনা মুভঙাই — পুম্নো নৌনা থোকই। জগৎনা ফীজং মুংদা মপুং শাম্মে ; অতুগা পান্দা মচেং শাম্মে। 'ইমা'গীদি ফীজং পান্দা মপুং শান্নে। ফীজংমুংদা মুন থী পান্দা কুম্মে উৎলি ; মুংদা তাল থাই, পান্দা জগোই শাই। অতুগা অমনা টেলীভিজনগুম পানগী কুম্মে পুম্নমক তাল পীরিবা অতুগী মমুংদা লোইনা অতুম মউই — মপান্দা চত্তুনা য়েংনিঙঙাইস্নু লৈতে। 'ইমা'দা মপুং ওইবা নায়িকা মমা-থম্বালনি। মাগী পুন্সি ভংথাই অমনা সূত্রদা লোইথোক্লে অতুগা মশুং অমনা থুপচল্লে। মশুং অমতা ফীজংমুংদা পুশিল্লি। তেংবাংজবী নায়িকা মমা রাধানা ফীজংমুংদ. শান্নরি। মমা রাধানা মপুং শান্নরিবা মীপাইজাওবী মমানি। মাগী মুংশি-মীপাই রাহে অমনা, মাগী মিৎলুগী পিরাং অমনা রণজিৎ পোকপী লাইবক-চাওবী থম্বাল-গী শায়োল — মুজা-থম্বাল অমদি মমা থম্বাল-অনীগী মচা রণজিৎকীদমকতা লম্বাইদবা পুন্সিগী তাংথক্লাইবা খোঙফমদা ইন্নরকপা চিংনরকপা — মমা থম্বাল-না খোংফম খুদিং মুজা-থম্বালবু ভমজরকপা, রানা নমদা পো, চেৎনা মুংদা চল পুজরকপা ভাবোককী মমাংদা তরং তরং তসেং-তসেংনা হেক্তা মউৎলি। থগুনিংঙ্গরা ? 'ইমা'গী সূত্রপাত নিংসংসি। মেঘ-রাধা অনিনা কৈথেল কুম্নকপা, তুম্না, মমাগী মথা-ছেৎনরক্লবা কাথৈ-চৎপা রণজিৎনা য়াচং খোংনাং মরুমদগী য়াচং-খোংনাং থুপ্পা উরুম্বু থাজ-মঙান্না ফোং হায়বগী নাতাগুম রাধা তম্না ইমা হাইনা চেঙ্গিল্লকপা, মুজা-রাধাগী মরুমদগী মমা রাধানা

ফল্ চোংথোকতুনা 'করি তৌরম্মী নংদি' সিদা মীপাইনা কোল্লকপা কনাগী পুক্লিং পাল্লোই ? অসিগী থোঙদা ভাবোক্লা উরিবা পানগী তুজুংবা পীরোইনবা কুম্মৈ য়েংনিংত্রা ? তমথীরবা অহিং – থম্বালগী বারবা পুন্সিগী খোঙহৌ—খোংহৌদা থোকখিবা তুজুংবা খৌদোক ময়াম— অঙকপনি, অঙকপা ফিলিম্নি।

মুংগী ফীজংগী মমা-থম্বাল শামখরে পানগী ফীজংদা শকহেনবী থম্বাল—শক্কা চুগা, শমগা নাগা—মাইথোংগী মঙাল থাক্ত ইপোম ওইনা শন্দোক্লক্লে—কাঙঙাওনবা গৌরহরিদা মঙাল তাররে। মঙান্না মাগী থম্মোই চিংলক্লে—ওল্লক্লে,— থকু খা ওল্লে। অপাম্বা ফাওরক্লে, মীহৌবা ইল্লক্লে, কল্লকপা লাক্লে, য়েংখিবা পোক্লক্লে। মমৈদা মমৈদো শাবুক হৌরক্লে। গৌরহরি ঙাওরে—নমহৈদবা পল নমথেক্লক্লে। নিত্যাই তুরে।

নিত্যাই হাৎপা কনানো ? শক মুজা ওইবীশিংগী অথোইবা লম্নি। লাইবক-চাওবী কনা কনাগুম্বীশিংগীদদি কাল ওইনম্মু মথোকই। থম্বাল লাইবক-চাউবীনি; মশক্লা কালনি। মাগী মশককা মী-শা গৌরহরিগী শাবুকা — অনীনা নিত্যাই হাৎপা নক্রা ? পুন্সিগী মুঙঙাই-মংলাল মংবদা, মংবদা হৌরকপা মতম্মি—মুংগা মুংগা ছেৎন-খাইনরকপা মতম্মি - মমাংমক্তদনি—মাগী মশক্লা কাল ওইদুনা মপুরোইবা য়োৎপনি। মুজা-থম্বাল করি ওইরি য়েঙঙু। কারে, চাক্লে, সোর মৈবা চিংলে, মিৎকী ইচেল থকখ্রে লোইরে, লিক্লাং চোইনা তারে। আশাদনা মীনা হিংনৈ। মুজা-থম্বালগীদি তমথীরবা অহিং অমগী চাক্লবা পুক্লোই অমদা তাকখরে।— হৌগৎলকখিব্রা ? হৌগৎকম থোকত্রে।

য়েঙঙ্, কাফৈ-চৎপা থুক্লবা রণজিৎ চেনথোরক্লে। মমাদা কোল্লরে। মচাগী অইংবা শউম ফংলে। চাক্লবা থম্মোইগী শারবা মৈবা চিংবা সোর মিৎলুগী নোং ওইনা শিস্থরক্লে। মুজা-থম্বালগী কায়রবা থম্মোই তাইছিল্লে। মমা-থম্বাল মুজা-থম্বাল চিংথৎলক্লে হিংমিন্নরে—মুজা থম্বাল থম্মোই কোম্নুনা থাঙ্লে, মমা-থম্বালগী পোইরৈ ইল্লে। অঙকপা, তুজুংবা পীরোইনবা পানগী কুমৈ নত্রা? ভাবোক্কী খুদা ফম্লিংদ্রা?

মতাং অসিনা অসিদা অমুম মরোইছিল্লসি।

**ভাব**—নিংথি। কদায়দগী পোল্লকই? চড়িঙবা ঐ অঙাও-বনি—ঙসাইনা ঙাওরে হাইখ্রে। মুংশিবা, হৈপাল-লৈপালগুম্বনি। মরু নায়—অপাম্বা অমদি অপাম্বগী শায়োল মীহৌবা, মীতাবা, অনীংবনচিংবা। মমাগী মচঃ-প্রেম অপাম্বা চংদে। মমাগী কোলোই মচাৎপ্রেম মচাপ্রেমগীনা মমা অসি নত্রা? মমানা ইচ্ছা মচানা শক্তি, মমানা কামনা মচানা কল্যাণ····· অসি নত্রা? মমা দেশমাতৃকাগী শায়োল্লি, দেশ-মাতৃকা মমাগী পোংথোকপা হকচাংনি। সেবা অনী য়েৎনবা য়াদে। য়েৎনরবদি থোন্নাং মমল শিংবরা হায়ববু লঙজবা ওইনা থোকই অসি নত্রা? নিংথি পাল্লি। মমা নিংবতনা মমাগী য়াকাইরোল মিংথৈ থঙবা হৌনৈ।

**রস**- অঙকপনি। মুংগী রস অমা পানগী রস অমা—রস অনীনা 'ইমা' অপুনবা অমত্ত-ওইবা ইচেম্লি। ভাগীরথী অলকানন্দা অনীগী শায়োল ওইবী গঙ্গানা জগৎকী অমম অঙাল কাংলুপ অনীদা শায়োল শাম্নবগুম মুং-পান অনীগী ভাবোক্তা ইমানা শাম্লরি।

পানগী রসকী রা থাদোক্লম্লসি য়াম্না শাংখিগদৌরে। মুংগী ঙহাক্তং চুপমিন্নসি। ঐনা হৌবা লাল্লব্রা ? লান্দে। নশা খঙকম থোক্তে, কুম ইঙ্গিন্দগী পংথোংমথোংলিবনি। সূত্রপাত অমুক নিংসংসি।

রাধা মচা পোক্তে! মচাগী মুংশিবা মহাউ খংদে। কাকৈ চৎপা রণজিৎনা ইমা কোনবদা মহাক করিগী মিপাই? 'করি তৌরম্মি নংদি সিদা' মিপাইনা মাবু করিগী কোল্লি? রণজিৎনা করিগী নিঙঙাইদনা মাগা লৈ? ইঙেঙন-তিয়াদা নোংজা-জগত্তা খঙহৌদনা নোংথাক-ইথক লাম্লগা মীকুপ অমতং তেংবান পুমঙাল ঙালবগুম সূত্রপাতকী 'করি তৌরম্মী নংদি সিদা' মীকুপ অমত্তং মঙালগী ইথক অমা পি। মঙাল অদুনা ভাবোককী মিত্তা জ্ঞামগী জগৎ অমা ফোঙিঙ। জগৎ অদুদা খোঙদবু থাংজিল্লুরবদি মংলান্দা ঙাওদনিঙাই লৈতে। মুংগী রাধানা মুংগী কাফৈ-চৎপা অঙাংদা করি হায় খঙব্রা ?

"রাগম্লু ঐ মুপীনি; জগৎ-পোকপী প্রকৃতিগী ঐ শায়োম্নি। ঐগী ইমিং ইমা কৌই। ঐবু শকখঙবা মীগী অরাৎপা লৈতে। ঙসি ঐনা রাধা ওইনা লৈরম্বসিদা নংনা ঙকপনি। ঐ নমানি, নং ঐগী গর্ভদা হুম্না হুম্না পোক্লবনি। ইমানি মুম্না য়েঙঙু।" মুংগী-কাফৈ চৎপা অঙাং মমানি খংলে—মবুক তপচরে।

ঐনা হায়খিদ্রা পুক্লিং করি দৌম্বি হায়ফম খঙদে য়ামশ্রে। শাজল্লু সূত্রপাতদা কয়া লৈখ্রে। ইমা করিনো খঙব্রা ? মম্লনি—মচাগী জগৎকী গুম্নয়াই মম্লনি মচাগী গুম্নয়াই, মুঙঙাই-য়াইকবগী

খোময়াই, অবা—অনংগী কোক্লয়াই, অকি অথংগী হন্নয়াই, অসোল-অনাগী ফনয়াই ইমানি। কাফৈ চৎপা অঙাংগী ইমা ভাবোকী পুক্লিংদা থুক পাল্লি। মমা রাধাগী মিপাই ইথক্রা থক হল্লকই, শক-খঙ্ঘ্রিবী লাইবক-চাওবী মমাগী মিকপ খোঞ্জেল হেক তাই। তান্নক অহুদা পুক্লিংনা করিগী রাধানা তহং হৌভিও—নোংথাংগী খংহৌদনা ইথক অমা লাকই মংলালগী জগৎ অমা উই। হল্লকই ফীজং-পানগী লাইবকচাওবী মুজা-থম্বালগী অরাবা পুন্সিগী খোংহো—খঙদে।

য়াম্না ইনিঙ্ভিও—ঐ ঙাওরি; অহুগা ভাবোক অতৈগী শরুকন্নু খাক্তবা য়াদে অতৈনা রারৌবা য়াই। অমতং ঙাংনরগা বিদায় তৌনসি। ঐনা মঙলিবা শীতল-কাব্য-কানন ঐনা উনা চৎখিবা ঙমগদ্রা? লৈরাং অনৌদি উরে। লৈকোন সেম্বদি হৈগদৌরি। ইমাগী য়াকাইরোল নিংথিনা তম্মু, ইমাগী য়াকাইরোল মিংথৈ হান্না খঙঙু, ইমাগী ইচ্ছানা মচা নংগী শক্তিনি, ইমাগী কামনাদনা নংগী কল্যাণনি। ইমা মীরাইরুরবা ঐখোইনি। ইমাগী মচা ঐখোইগী প্রেমদি 'নিষ্কাম'নি। অহুমকপু মচা ওইবা ঐখোইগী লংজবদি ইশানা খঙনা অনুতাপ তৌবা তাই।

ঋষি বঙ্কিম্না বন্দনা করিগী শক্লমই "বন্দে মাতরম্"
সাধক মুকুন্দদাসনা বিনতী করিগী তৌরম্মী
জাগো জাগো গো জননি।
তুই না জাগালে কেউ জাগিবে না
তুই না নাচালে কেউ নাচিবে না

থমনি!

মবাই,

তাং ৩। ১০। ৪৭ ইং

শ্রীমীনকেতনসিংহ

শ্রীযুক্ত রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ বি, এ, না লেংবা "ইমা" হায়বা উপন্যাস পাজরে। মাসিগী লায়না ফজবা লোন অমস্তুং ৱারীগী নুংঙাইবা অহুগা অফবা মশেন, থাদৈশেংনমক থাগৎনফম্মি। ঐখোইনা লেখক অসিদগী মণিপুর সাহিত্যগী মরমদা য়াম্না আশা তৌবা য়াই।

শ্রীথাইরাকপম চাউবা সিংহ
৯।১০।৪৭ ইং

# ইমা

## অমা

মুমিৎনা ময়ুম চংখরবা কাল— অদুগা য়ুম খুদিংগী মৈ-রা হৌগৎনরকপা মতম—মরমওকপী লাইনিং-চৎন-খংলবী য়ুম-গোনবীশিংনা সুমাং-থেলোং-ভাল্লিবী বৃন্দাদেবী মখোংদা ধুপ-থাওমৈ থান্দুনা তাইবংশেম্বা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিং-নরকপা— মন্দির মন্দির খুদিংদা সন্ধ্যারতিগী পুং-শেল অমদি কাংসিগী গোং-গাংনা ভক্তশিংগী থম্মোই হুনরক্লবা—খ্বাইরম্বল কৈথেল-না ঙুং-ঙুং তিনখৎলক্লবা মতমনি।

য়ুমদা কুম্বনা কুম্বা হৌনরবা অদুগা কানরকপনা কারকপা— কৈথেলগী অকা-অকুমতনা লম্বেল সোড়োক পুম্বা মীনা থনগৎলকপা মতমনি।

পোৎলৈবা লোইরদুনা নিপা মতৈ-মনাও অমনা পোৎ নম্বো অমমম মনমদা পোনরদুনা ময়ুম কুম্লম্মী। লাইরনা পান্‌বা য়ুম্বানগী অরাবা কোঙ্গাই লৈরবস্থ মদু লোইনা কাউথোক্লুনা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মতৈ-মনাও অনিসি মাইথোং মকা লাম্ম বারি শারদুনা লাক্লম্মী।

"য়েঃ, ঐদি কাওবু কাউই, ঙসাইহু তাদা চাওবখোইগী মমাগী ফীরোইগী বার্জোন তৌরম্মী।" অসি হাইনা ঝাধানা বা হৌদোক্লকই।

মেঘচন্দ্রনা অহুদগী হংলম্মী—

কদৌঙৈ থোকলিবা?

হয়েং ওইরমাল্লে। অহুম্মু চৎতবা য়াদে। ঐখোইগী থোকপা মতমদদি তাদহুনা অবা-অনা খংদবমখৈ নোম্মী।

ঐখোইনিমক্তী তৌরকপরা বার্জোনদি?

ইমুং হুপ্পা হাইরম্মীনেদো। ঐদি ঙস্তা হৌহুনা ইমুংগী থবক-ইনথাং লোইরম্লগা হেঞ্জাং-নাপী শেম-খোৎপা য়াওরুবা তাই।

ঐবুম্মু ঙস্তা হৌদোক্লকউ। ঐস্মু থরা ঙস্তা চৎপনা থৈ পেমা।

মখোই অনিনা অস্তুমা বারি শার-শারহুনা লাকপদা তাল-লক অমা থোক্লুনা লমজাউ অহুদা মী-পোং অতোপ্পা অমতা চৎলমদে। পাকচাওরবা লম্বী অহু মখোইনিতগী ওইনা লাইনা শেম্লম্বগুম মনিংমথা তমনা বারি শাবা ঙম্লম্মী।

অস্তুম লাকপনা কাংঙবম লৈরক মপা য়ৌরক্লে। উরুমদগী চহি অনিরোম শুরবা অঙাং অমা মথন্তা কাফৈ কাফৈ চংলম্বা উই। মরুমদগীগা থোরকপা অহুগা অঙাং-হুনগা মতম চাদবমথৈ লৈরম্বহুদা মেঘগা রাধাগা অনিদো লাইর-করিনো হায়না মবুকনিং থুক লাওরম্মী।

অঙাং অহুনা রাধাবু উবহুদা ইমা-ইমা হাইনা কৌরহুনা হোংচল্লক্লম্মী। অহুদদা তাইবং-মী ওইরমাল্লে হায়না মখোই অনিহু মীহুন হুম্বরম্মী।

রাধানা অঙাংহু কোনশল্লম্মী।

লৌখত্তুনা পল্লগা রাধানা হাইরকই—করি তৌরম্মী নংদি'সিদা ?

অঙাংহুনা মরোল ইখোই-খোইনা ময়েকতি শেংদবমথৈ অম্বম্না থুম্নম্মী—ইমা, ঐ অসিতা তুম্-ইঃ।

মতম ইচা চাদনা অঙাং অসিনা লমবেলদা করিগী তুমফম থোকই ? মপা-মমানা ফমুংদা শুমবদগী হৌরক্লগা জ্ঞান মাংলহুনা লমজাউদা চেম্প্লোক্লকলিবরা ? নক্রগা কনা-শুমবা অমনা পোহুনা পুথোরক্লগা অঙাংসিবু অহুরাইদা থনম্লগা মনাক্তা চেল্লিবা তুরেলদা কুমহুনা অমাং-অশোই

ইমা

তৌখিরিবরা? অসি পুম্নমক নত্রগা কনাগুমবা অমনা মকম-মরাং খংদনা উ-খাদা অঙাংসি তুম্লিনৈঙদা হুন্দোক্লমবরা?

করম্না অঙাংতুনা মকমতুদা লৈকম খোকপগে হায়বসি মখোইগী মবুক্লিংদা ইথক হৌবগুম্না থুনা থুনা মওন-মওন খল্লম্মী।

পোলেপ-কম খংলমদে।

মখোই অনি তুমিন্না ঙাইহাক লৈনরগা কাঙবম লৈকাইগী মী অম-অনিদা অঙাংতুগী মরম হংউশি হাইতুনা য়ুমলক্কা চংলম্মী। কোইহং হংবদা লৈকাইতুগী কনামত্তনা অঙাংতুবু মচানি মনাওনি হাইবা লৈতরে।

মকম খঙত্রবতুদা মেঘগা রাধাগনা অঙাংতু পুতুনা চৎলগে হাইরকই। অদুম্না মখোইনি অমুক লমজাউ তারক্লে, খরা চৎলগা কৈশামপাৎ থোং য়ৌরবা মতমদা মেঘচন্দ্রনা হাইরম্মী—

ঐখোই থানাদা পাও আসি পিরুবনা কৈ। নং য়ুম হনখরো। ঐ থানা য়ৌরুখিগে।

অসি হাইরম্নগা মেঘচন্দ্রতু অঙাংতুবু পুত্তনা থোং লাল্লগা থানা তান্না চৎখরে। রাধানা য়ুম তান্না প্রৎ-প্রৎ লাক্লম্মী।

থানা য়ৌরে। দারোগা বাবু অমনা থোরক্লুনা বা হংলন্মী—করিগীনো? কদাইদগীনো?

বাবু, অঙাং অসি কাংঙবম মপাদা মথন্তা লৈরম্মী। লৈকাইদা হংবদস্থ মপা-মমা অমন্তা চোংথোক্লক্করে।

দারোগা বাবুনা ইমুংদা অমুক চংখরগা চে-কলম পাইহুনা থোরক্লগা অঙাংহুগী মীওই মূর্ত্তি ইরম্মী।

লোইরগা অম্মুম্না হাইরকই—

তাদগী মিংদি করি কৌই, কদাইদা লৈবগে?

মেঘচন্দ্রনা মমিং মথা তাক্লম্মী। দারোগা বাবুনা চৎলো হাইহুনা অঙাংহু পম্লহুনা ময়ুম পাংনা লাক্লম্মী।

রাধানা মপুরোইবহুবু করম তৌরিগবা হাইহুনা রাখল খন্দুনা লৈরম্মী। মেঘ লাকপহুদা মথরাই মুংঙাইরহুনা করম তৌরে হাইনা হংলম্মী। হংনা হংনা অঙাং অহু লোহুনা পম্লম্মী অহুগা মনাক্কগী পোৎ থোক্লুনা কবোক থরা অঙাংহুদা পিজরম্মী।

মেঘনা খুম্লম্মী—থানানা নোটিশ তৌহুনা অঙাং অমা থুল্লে হাইনা লাওথোকনি। মপা-মমানা থিরক্লগা পাও পিরগনি।

অহুদগী অঙাং অহু লৌহুনা মতমবাক্তা পম্নগা মেঘনা হাইরম্মী— রাধা, ঐখোই অনিগী ইচা লৈতে হাইবা উবহুনা লাইনা পিরক্লবনি। য়েংউ অঙাং অসি মশক কয়া ফজ-থরবনো, মশানা কয়া ফরিবা! মপোপ-মতাংনো চানা পাল্লিবা!

মেঘগী ব্রা অহুদা মখোইনিমক নোকমিম্নরম্মী য়াম্না হরাওনা। অদুবু মুপী ওইবনিনা রাধাদি অহুকয়ৌনা থাজবা ঙম্লমদে। মপা-মমা লৈরবদবু কনানা মচাবু অম্মুম্না থাদোকপা ঙমগনি? কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমনা পুহুনা হন্দোক্লম্নবস্ু মমা ওইরিবী অহুনা শোইদনা ইচা মাংখ্রে হাইনা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা থিরকখিনি— অসি হাইনা রাধানা খল্লম্মী।

অহুনা অম্নম্না মেঘদা হাইরম্মী ··

হয়েং অযুকত্তু মপা-মমা লাক্লুনা লৌখোকখ্রবদি ইচা ফংলে হরাওবদি লাইরহুনা অঙাং হুরাল্লে হাইহুনহুম ত্তোক্কনি।

হে রাধে ইবোশা, নংনা হায়রিসিবো! থানাদা তাক্লম্নেদনা—কৈথেল কুম্লকপদা খুন্‌বনি হাইনা। কনানবু করি ত্তৌরগবনো, লাম্রগা লোইরে, লাই লৈদনা!

হোই লাইবুদি লৈ। ঐখোইগী ওইজবা হাইনা কম্না খুরুম্মু।

মোমোন মোমোন তৌরহুনা মেঘচন্দ্রনা অঙাংহুদা মমাই ওনশল্লহুনা হংলম্মী—

ইবুংঙো, ইপা বা হাইগে তাউসে।

মাগী বাহু তাবদা অঙাংহুনা তঙক্-তঙক্ য়েংহুনা কবোক শাইরম্মী। মাগী বাহু তাব্রি অহুগা মখাসু তাগে হাইবা মতৌগুম য়েংহুনা লৈরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা নোকমি-নোকমি তৌরহুনা বা হংলম্মী— অহুগা রাধাসু মখোইনিগী মতৌহু মিং কুপ্তুবমথে য়েংহুনা তারম্মী।

মেঘচন্দ্রনা হাইরম্মী—

নমিং করি কৌই ইবুংঙো নংদি!

কৌদে, কৌদে— অস্নুম হাইনা অঙাংহুনা খুন্নম্মী—

অঙাংহুগী পাওখুম তাবদা রাধানা হাইরকই—

মমিং থোঙ্গ্রিমাল্লেদা। নত্রগা মমিং হাইবা ঙমদবা তাই। কয়াদা মুংশিখরবা মিংতানো। মমা-মপা থাদোক্লে হাইবগী কব্রিমতা কপ্পা লৈতে।

ইমা

অঙাংসিদি য়াম্না ফগদৌরিবনি। মসিবু পোকপা মমা-মপাদি শোইদনা রারগনি। অদুগা রাধা, ফংজবা ঐখোইগীদি লাইবক ফবনি। নন্দ-যশোদা অনিগী লাইবকতু ঐখোইগী ওইরমাল্লে!

মতুদা ওইবা লাই থুরুমশি।

মাগী মমিং অসিদি ঐখোইবু থোল্লু হাইনা লাইনা শিন্নবনি। কৈ, হয়েং ফাওবদা য়েংখিশি। কনামতনা লৌরম্রবদি ঐখোইগী ওইমু হাইনা তম্লেদনা।

অদু ওইরবদি করি মিং থোনগে হাইরিবা?

ঐনা নিংলিববু? হৌজিক হাইদোকলো হাইরবরা? হুঁ, ঙাইখিসিদা!

করি তৌই হাইবগে, হায়্না হাইদোকপগী করি কাইবা লৈবগে! মতু থোন্দোকলে হাইদুনা করি দণ্ডি অরুম্বা ফংগদবা লৈবগে!

অদুবু রাধা, শল লৈদ্রিঙৈদা হৌদোং হাৎপা তাগদরা হাইনি।

ঙসাইদি কদৌনা হাইরি অদুগা?

করি হাইথ্রবগে ঐনা?

মাগী মিংদি ঐখোইবু পোল্লু হাইনা তয়মাল্লে হাইখিড়দি ?
মোমোন-মোমোন নোক্লহুনা মেঘচন্দ্রনা হাইরকই—
করি তৌগে, অহুবুদি খোল্লসি।
করি মিং খোল্লগে হাইরিবা ?
নং অহুক হাইয়ু করি খোন-নিংই ?

কদাইদগীনো নুপী ঐখোইনা মিং ফজবা মশক থংপোংলা।

নুপী নখোইগী লৈতেংদি নচানা ওইরিবনি। অহুগা কারগী মিং খোনবা হৈতগনি ?

অহুবু ঐখোইগী লৈবাকসিদদি নুপীবু মচা মুংশিজম্বব-হুগী মমিংহুদা খোনজহন্দেনে। অহুনা ঐস্মু হৈত-শিংদা চল্লেনে।

মেঘচন্দ্রনা রাধাগী রাহু তারগা মঙোন্দমুক অঙাংহুদ-মুক শংত্রিক-শংত্রিক শংনা য়েংলগা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী অহুগা অমুক হাইরকই—
অহুদি রাধা, মাগী মমিংসি খোল্লগেদো ?
হাইরো অমুক্তা তাশিনে।
ইচাগী মমিংদি রণজিৎ কৌগেকো ইপানা।

ইমা

অসি হাইরগা অঙাং অদুবু মচিনবান তান্না পুখৎতুনা চুপ-চুপ চুপ্লম্মী। অদুগা অমুক রাধারোমদা য়েংথোক্লম্মী।

রাধানা মমিং অদু তাবদা হংলম্মী—

করি অর্থ লৈবগে মিংদুগীবু ?

মিং য়াম্না ফজথরবা মিংনি, লান্দা ওম্বা হাইরিবনি রণজিৎ হাইবদি।

লাই খুরুমশি তৌরু-তৌরুবা খুদিংদা উন্নকপদা ওইবা ইচানা।

অদুগা রাধা, অসিমগা লাই নিংউ—য়াম্না কন্না নিংগদবনি।

করিনিনা ?

অঙাং অসিগী মমা মপা লৈরমদবা, করিগুম্বা লৈরম্লবসু লাকপিদবা।

মথোই অনি হরাওবনা নোকমিন্নরগা মেঘচন্দ্রনা অঙাংদু লৌহোরে অদুগা রাধা চাক-ইশিং থোংবা চৎখরে।

---

# অনি

নোংঙাল্লগা !

থামানা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা পাও কোইচেল চেল্লে। কনাসু অঙাং অহুগী মমানি মপানি হাইনা থোরক্লে। মুমিৎ মরি-মঙানি লেনশল্লকলে।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মখোইনিদি নোংমা নোংমা মুং-ঙাইশিল্লকলে। লাই কন্না নিংলম্মী—অঙাং অসিদা মখোইনিগী ওইজবা হাইনা।

অঙাংহুবু মুংশিদবা নত্তে, মমা-মপাবুসু মুংশিদবা নত্তে। মমা-মপা অহুনা মচা উজবা ফংলগা হরাওজগদবদো থংদবা নত্তে। মখোইগী হরাওবহু উরগা হেন্না মেঘ-রাধানা মুংঙাইনি হাইনা খল্লবনি।

মচা লৈতবগীঙাকসু অঙাংহুবু পামলুবা নত্তে। অঙাংহুগী মতৌ উবহুদা মখোইনিগী থম্মোই অহু পুংলুপ হেকতা লুপথিরম্বদনি।

মতৌ অসুম ঙাইহুনা লৈরকলে।

তরুকনি শুবগী মুমিৎ জুরি কুম্নবা কালদা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা চাক তোকপগী রণজিৎকা লোইননা মাঙোন্দা

লৈরম্মী। মেঘচন্দ্রনা হিদাক থক্লুনা লৈরম্মী. অহ্নগা য়াধানা উথোকতেনদা ফমহনা পানা তপ্লম্মী।

অহুম তৌরিবৈ তাঙ্গাদা কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা থানাগী মী অমা লাক্লুনা মখোইগী কোম্ফোং কানশল্লক্লম্মী। মহু উবদা মেঘচন্দ্রগা য়াধাগা য়া অমতা হাইনদবমথৈ ময়োল তাক্লবগুম্মা পুকচেল অনিহু অমতা ওইনা থোক ওল্লম্মী।

অঙাং পিয়ু হাইরগদোবরা—

পিদবস্থু য়ারোই, মবুক্তেগী থোকপা নত্তে। অহু থংনা থংনা করি করম্না মঙ্গনা শুমহৎতুনা অঙাং থাইনগনি হাইনা য়ারিবনো? অঙকপনি, মীওইবগী মায়া!

কোয়েৎ অঙাংবা থুংলরে। মেঘচন্দ্রগী য়ুম অসিরঃ হাইনা হংলকই।

মখোই অনিমক চপমান্নমনা মানি হাইনা খুম্লম্মী।

জুরি তাফমদা লেপতুনা থানাগী মীহুনা অস্তুম্না হাইরম্মী—

নহাক অঙাং অমা খুনবত্ন ঐখোইনা কোইহং-হংবদা মমা-মপা অমতগী মখোং-মরি লিবা ওমদরে।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা থুগৎলম্বদু থর হন্বরম্মী। অদুগা থানাগী মীহুনা করি হাইথরকখিগদগে হাইনা না থাংগতুনা তারম্মী।

লাক্লিবা মীহুনা অশুম্না মথা তারম্মী—

দারোগা বাবুনা হাইরকই—অঙাং অদু তাদখোইনা অদুম য়োক্লে হাইবা য়াগনি। য়োল্লোই হাইরগা এনা হৌজিক পুথ্রগনি। সরকারনা মাবু য়োক্লবা থৌরাং তৌগনি।

মাগী রাসি তাবদা হুরাওমনখরদুনা রাধানা অস্থম হাইনা হাইরম্মী—ইবুংঙো, এখোই য়োকচগে, মদুদা হাইবিররবা হাইনা লাই খুরুমদুনা লৈরবা পোৎনি।

ফরে অদুদি এ চৎলগে।

অসি হাইরগা চৎলগে তৌরম্মী। মেঘচন্দ্রনা অদুদগী মীহুদা হাইরম্মী—

ইবুংঙো, অমুক্তা লেংশল্লকখো হিদাক ঙাম্বক অমতা থকপিখো। এখোইনা ঙমজবা সেবা থাজক্তা তৌজখিগে।

মেঘচন্দ্রনা থল্লম্বদি বকশিষ থর পিগে হন্দুনা থামলম্বনি। সরকারগী থবক তৌবদা বকশিষ নত্রগা শেল চাবদি লাইরহুনা হিদাক-পানা চাদুনা ফাওবা তৌবা হৌনদে হাইনা

খল্লিবা নিপা ওইরম্মহুনা থানাগী ইয়াম্বা কোয়েৎ অঙাংবহ্ন থাম্বগা য়ারমন্ত্রে। থবক অমা চৎকদবা লৈ হিদাক থক্তুনা লৈথোকপগী মতম লৈতরে হাইহুনা মহাক খোংশানখিরম্মী।

মুংঙাইবগী ইপাকতা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা তাউহুনা লৈহৌই।

মথোইনিনা অঙাং অহুবু থুনবা মুমিত্তগী নিংজরকপা লাইদা থুরুমজরকপা অহু থুংজববহুদা রাধানা হাইরকই—

ঐখোইনা লাইদা কম্না থুরুমজবগী মপান চাজরেদো। অঙাং—অসিগী নহাল খোনখিবা মিং অহু হৌজিক্কি চান্নবা কৌবা য়ারেদনা।

য়ারে, হৌজিক্কি রাধা! থরাই পেন্না কৌরনি।

অসি হাইহুনা মেঘচন্দ্রনা অঙাংহু লৌথংহুনা মতমবাক্তা থম্নগা মখদাং অপিশক অহু পাইহুনা য়েৎ-ওই ইম্নগা হাইরকই—

ইপাগী ইবুংঙো, নংবু ইপানা রণজিৎ হাইনা নমিং খোল্লবনি। লাই হাইবসিদি মীগী নিংজবা থুংহন্দবা লৈতে।

অহুদি শোইদবনি, চেৎনবু পাজহুনা নিংলবদি থুংবা ঙাক্তনি।

রাধানা পানা মতপ অম অনি মেঘচন্দ্রগী লানশলগা মহাক্না অমা তপ্তুনা চারম্মী। পানা চাবগী ময়াইনা মাগী নাপ অনি ঙাংলিবহু পুক্লিং তুজুং হরাওবনা অমুক হেন্না মঙান অমা তানা ঙাংলম্মী।

ঙসিদি মখোইগী মুমিং হাইদু ওইরে হাইনা মখোই অনিনা থল্লম্মী।

অস্মুক মুংঙাইবদি মখোইনিহুগী কনামণ্ডগী পুন্সীদা অমুক্তা ফংখিদরি হাইবা য়াই হাইনা খনজরম্মী। মুংঙাই-রিবসিনা ভাইবংপানগী অরা-অনা মচেৎ অমফাওববু পুন্নম্ নমথেকপ্রমাল্লে হাইনা থল্লম্মী।

মচা ফংদবা মীশিংনা মীচাপোক অমবু মচা ওইনা য়োকচরগা অস্মুক য়াম্না মুংঙাইবদি মচা থাঙ্গেশেংবা লৈবহুদি করি অমুক হাইক্লনি!

সনা-লুপা মণি-মুক্তানা করি তৌগনি? নিংথৌগী শক্তিকলোই ওইনবা পোক্লকপা মচাহুবু মমাগী মফমদদি নিংথৌহুদগী হেনবা নিংথৌরেল্লনি হাইনরি।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগহু পুংফম-খেন্দা অসিদদি লাইরৈ-বাক্তগী খিকথরকপা অমৃত থকপগুম্লম্মী।

---

## অষ্টম

মতৌ অসুম্না মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা মপা-মমা মশক থংদবা অঙাং অহুবু মখোইগী পোকচবা মচাগুম য়োক্লুনা লৈরক্লে। মখোইগী মথুক্তগী মপা নত্রগা মমা লাক্লুনা অঙাং অহু মুল্লগনি হাইবগী চিন্তা মচেৎ অময়ফাওবা নোংমতসু তৌরমদে।

রণজিৎনসু মাবু পোকপা মমা-মপাদি রাধাগা মেঘচন্দ্রগা নত্তনা অতৈ অমা লৈরমগনি হাইবসি থংদে।

লৈকাইগী মীনসু কনামতনা রণজিৎতা মাগী হৌরক-ফমগী রাবি শাবিরমদে। মী পুম্নমক মাগী মাগী নিতিগী তৌগদৌবা মথৌ তৌহনা লেল্লম্মী। মীগী মরা ঙাংনবদি লাইনা অচৌবা অমনি হাইহনা লৈকাই অহনা কনামতগী অফবসু ফত্তবসু ঙাংনরমদে। অষ্টম মখোইগী মরক্তা রণজিৎপু কুম্মৈ-ফীওং থোকপদা মখোই মখোইগী মচা-মশুদৌগুম্না য়াওহল্লম্মী।

নোংম-নোংমগী রণজিৎতু চাওশিল্লকলে। রাধাগা মেঘচন্দ্রগগী মচা ফংজবনা মুংঙাইবহুসু অসুম-অসুম হেনজিল্-লকলে। স্কুল তমহনা নাকলদা লাইরিক য়েপ্তুনা মমান্নবশিংগা

লাইরিক তম্বা কাবতু উরগা রাধাগী মথরাই হরাওজবা নত্তনা কপ্নবগী রাখল অমত্তা ঈশ্বরনা ৬সিফাওবা পিরদ্রি।

যশোদাগা নন্দরাজগনা শ্রীকৃষ্ণবু য়োকপদি শনশেনবা চৎহল্লম্মী। যশোদানা অত্রমকপু থারোইদৌবগী য়ারিবমথৈ তৌরম্মী। কৃষ্ণতনা জগৎকী মপু ওইবনা রাহৈ থুম্লবা ভাক্তা ভাংহনা মমা যশোদাদগী শনশেনবা চৎপগী য়াথং লৌরম্মী।

রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা রণজিৎপু করিমত্তা তৌহল্লমদে। মখোইগী পুস্নিগী আশা পুম্বা রণজিৎতা থমহনা মাবু মী ওইনবত্তা হোৎনরম্মী। রাহৈ থুম্লবা ভাংবদি লাইরহুনা মবুক্তা ফাওবা থনবা হৈজদবা রণজিৎপু রাধানা মনাক্তগী করিগুম্বা মতমদা লাইরিক তম্বা কাবা নত্তনা কদাইদম্ব অমত্তা থাদোক্লমদে। অসুক য়াম্না সুনা তৌজরম্মী অথুনবা মচাহুবু। অভাং অহু চহি তরাহুমদোই চংলকলে মেট্রিক পাশ তৌরে। অতুদগী মথাদি মীরৈবাকত্তা তম্বা তাবনা কলিকাতাদা চৎলম্মী।

শেলগীদমক করিমত্তা রারমদে। সরকারগী বৃত্তি ফংবনা শেলগী অরাবা থংদবমথৈ লাইরিক তমবা ঙম্লম্মী।

ইমা

রাধানা অদুদা মমা ওইবগী মেংলবা থম্মোইনা রণজিৎপু লম অথাপ্পদা থাদোকপ্‌তু য়াম্না রানা থল্লম্মী। মপুম্বোইবগা অদুগীদমক য়েংনরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা মচাবু লাইরিক হৈহন্দুনা জ্ঞানীশিংগী মরক্তা তিনবা ফংলবদি হাইনা থগুরম্মী। অদুগা রাধানা থল্লম্বনা অসিনি—লাইরিক্না কদোগবনো!

নোংমা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা রণজিৎকী লাইরিক তম্বা চৎপসিগী মরমদা থন্নরিঙৈদা হাওন্নুবী অমনা করিগী লাওনরিবনো হাইনা হংলম্মী।

হাওন্নুবীসি নিতিগী হাইবদি ইতৎ-তৎতনা মখোইগীদা রাইকুপ লৈবা নত্রগা হেঞ্জাং-নাপিনচিংবা হেকপা লাকই। মানা হংবত্তদা রাধানা বারী লোইনা লিরম্মী।

লাইপু-তিনপু ওইনা তৌবী হাওতোম্বী অদুনা মুংশাম্বর মপী অমা হোল্লদুনা হাইরকই—

নখোই অনিগী নচা অদু মশক অমুক্তা য়েংগেবা!

রাধানা মচাদু মুনথিগদোবা মতাগুম হাইরকই—

করিগীনো হাওতোম্বী নংনা ঐখোইগী ইচাবু মশক য়েংগে হাইবদি?

হাওতোম্বীনা মপী শিস্থরন্নবা থুন্নকই—

ইবেম্মা, ঐগীসু ইচানিপা অমা লৈজরম্মী। মাবু ঐনা য়াম্না লুনা তৌজৈ। মতম লৈবা খিবিক্তা মাবু য়েংহুনতা লৈর্বনি, অদুবু ঐগী পেনবদা মরাংলি। অদুক য়াম্না লুনা তৌজবা ইচাদো তমখিরবা মতম কৌবা লাইনা মুন্দুনা থংপিখ্রে মাগী দমক ভাগুবনা হৌজিক কোইচং চত্তুনা লৈরিবনি। অমুক্ত য়েংজগেবা। নচাহু উরগা লৈখিত্রবা ইচাহু অমুক ফংজবগুম মুংভাইবা ওম্বরা য়েংগে।

করি তৌগে, য়েংউ।

অসি হাইদুনা রাধানা রণজিৎপু ইমুংদগী কৌথোক্লুনা হাওতোম্বীগী মনাক্তা লৈহল্লম্মী।

হাওতোম্বীনা মুন্না য়েংলগা হাইরকই—

ইবুংঙো, নখুবাক অদু তিংখোরকউ, ইমা য়েংগে।

অদুদা রণজিৎনা হংলম্মী—

ইমা নং খুবাক ময়ি য়েংবা হৈবরা?

খরা খরা হৈ ইবুংঙো।

রণজিৎনা অদুদগী খুবাক য়েংহল্লম্মী। হাওতোম্বীনা মখুং অদু য়েংলগা রাধারোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই—

ইমা

নংগী নচাসি লাইরিক য়াম্না হৈগনি। নখোইনা লক্ষা কাহনা থম্বা য়ারোই। কৈনো অমা তৌহুনা মহাক লাইরিক তম্বা চংখিনি। অদুগী শরুকপুদি নখোইনা নশানা য়াদুনা থাদোকখিবনা হেন্না কৈ।

মাগী রাসি তাবদা রণজিৎ অহু মোমোন নোক্লুনা মথরাই মুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী।

অদুগা রাধাদি থগৎলদুনা হংলম্মী—
ইচে নংনা হাইরিবসিবু শোইদ্রবরা ?
শোইদ্রপোৎনিনে ইবেম্মা, ঐনা হাইবসি থাজো।
অদুদি ইচে শোইদনা থারগনি।

অদুম হাইনদুনা রণজিৎ কলিকাতাদা লাইরিক তম্বা চংপা ফংলম্মী। রাধানা রারম্ব রানা থাংজরম্মী। মতমদুদা মেঘচন্দ্রদু হাওতোম্বীনা মাবু রাধাগী মথুন্তগী কনবিরে হাইনা মুংঙাইজরম্মী। মখোইময়ামদুগী মরক্তা হাওতোম্বীসু নোক্ল-নোক্লদুনা মখোইনা মথরাই মুংঙাইবদুদা মুংঙাইমিল্লরদুনা ময়ুম হনখিরম্মী।

---

# মরি

রণজিৎনা লাইরিক তমগনি হাইরগা হাওতোম্বীনা মুংঙাইবদি মবুক ফবী অমা ওইনা মীগী য়াইফবা ওইরগদা মুংঙাইবগীদমক ঙাক্ নগে।

হাওতোম্বী হাইবীসি রণজিৎপু মবুক্তা থা তরা নাওপুবী মমানি। হাওবম নিতাই হাইবত্নগী মপোক-মপোক খুদিংদা পোকমিন্নসি হাওপান্নসি হাইত্নুনা য়াশক্লবী—শক্লা লম-য়োবী—কুচুনা লমহেন্না ফজরবী হাওতোম্বানি।

মমিংনা থম্বালনি।

মখোইগী লৈকাইদা কৃষ্ণচন্দ্র হাইবা অমা বিচারপতি ওইত্নুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণচন্দ্র হাইবা নিপাসি শেলচা-থুমজাদা মমিং ওথাক চৎচরম্বা নিপানি। মঙোন্দদি আইন হাইবসি মথিবোং পান্দে। মানঃ ওইহনিংবদা ওইবা আইন জাওাহু মাগী ওইনা তৌরম্মী। করিগুম্বা বিচার অমা তৌবা তারক্লবদা বাদী বিবাদী অনিদগী শেল লৌশল্লগা অরানবা মীগী শেল হন্দোকপম্ম ময়াওই, অত্নুগা হন্দোক্লবস্থু অত্নুম তোকপা য়ার-ত্নুনা শেনশি চাববু মরৌশিংগী চাজবনি হাইনা থনগনবা মীনি।

# ইমা

ঐগী মীগী ইচা-মীচা হাইবা ঝাইদো মহাক্থক্তগী লৈবাক্না শংনবা ওইনা থোকখিরম্মী।

অসুগুম্বা য়াব-মথৈ ফংখিত্রবা কৃষ্ণচন্দ্র অসিগী মনাওনিপা গৌরহরি কৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক্না ওক্তবদি করি হাইরুনি। জুয়ার মশিং থিনরে মহাক্না মকোক হেক্তা ওইরম্মী। ময়াম্বনা জুয়ার শান্নবত্তুদা তোকলো হাইবদা যুধিষ্ঠির মহারাজগী মতৌ তান্নবনি হাইনা খন্দোকপা ওম্মী।

মুপী-নহাদা হাইরে নিপা-নগা লৈরিবনি লৈতবনি বিচার অমতা লৈজরমদে গৌরহরি অত্তু। মথরাইদনবু পান্নবদি হিমালয় চিংশাং থুদোনবীনা ফুক্ত হায়রবস্থ ফুকে হাইবা গৌরহরিনি।

মহাকনা রাহু ওইরহুনা পূর্ণিমাগী থাজ মানবী থম্বালবু উম্মগে হাইনা গৌরহরি মপুক্লিং চপ য়ুংলম্মী।

ইনাকথুনবা মচাগী মচা-মনাই ব্রাংলমদে। নোংমা অহিং অমা মহাকী মশা-মউ থাক্তুনা থম্বা মক্সপ মপাং কয়ামুক খুংলাই পাইত্তুনা গৌরহরিগী য়াথং পাংথোকপা লাক্লম্মী নিতাইগী ময়ুমদা।

অহিং তাংলো থেংজল্লক্লে। থাশিগী শুক্র মন্নবা মতমনি।

মীচিক মীরাওখোল অমতা তাখিরমদরে।

মতম তাঙ্গা অসিদা নিতাইগী ইমুং চংহুনা থম্বালগী মপুরোইবা ওইবগী দগ্তি নিতাইদা পিবা হৌরম্মী।

চৈহুপ চাওর-চাওরবা অহুনা ঙাক্রো-ঙমু হাংপগুম নিতাইগী য়াইবী-থরাই লৌখোকলে।

থম্বালবুনা—মচিন মেনশল্লহুনা কৃষ্ণচন্দ্রগী মমুম তাম্না পুরকলে।

মনাও ক্ষত্তে খংনমক কৈথেলদা লৈবা ফংবা নত্তেকো হাইহুনা কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা অহিং অহুদা তন্না চত্তুনা লৈকাই মচিন মেল্লম্মী। অরান-অহুই মশক খংদবা অঙম্বা অচৌবনা তৌরিববু হাইনবা মীতা ঙাক্তনা খুল্লিংবা লৈকাই ওইনা তৌরম্মী।

মঙারহুনা শিরে হাইহুনা নিতাইগী মশাহু পোৎলোইরগা থৌজাল হৈবা শাহুনা লাইরবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মবু ইনাকখুনবা অঙম্বা কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা শোন্দোকপিরম্মী।

শোরাৎ নিংথিনা শোনবনা লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক মচিন চপ্ মান্নরা শোরাৎ ফজনা শোনখি হাইনা থাগংখি।

পাজল লৈজত্রবী রাখল থেল্লবী থম্বাল মুজানা পি-ইরা

শিশুবা নত্তনা অতৈ অমা তৌরমদে। মচা অপিশক অহুবু পম্লগা শিঙমদনা শিশুবা মপুরোইবগীদমক্তি পি-না তর্পণ শোল্লম্মী।

মীরেক-সন্ত্রী থাংহুনা থম্বাল মানবী থম্বালহু কৈশুমশংগী বন্দিনী অমগুম মতম য়ানা লেল্লম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরস্থ্ মনাওনিপা গৌরহরিস্থ অনিমক চংহুনা মখোইগী নিংবা থুংনবা মখোইনা হাইবা ইল্লো হাইনা থম্বালদা হাইরম্মী।

মথাদা কোল্লিবা অঙাং-নাবাহু য়েংলগা মপোকসিমদি লাইরহুনা মপোক মপোক খুদিংদা মপুরোইবা নিঙাইগী নত্তনা কনামতগী মুপী ওইগে নিংলমদে।

থম্বালনা ময়ারক্রবহুদা কাইনথংদা গৌরহরিহু অম্সুম্না থল্লম্মী। মচা অসি লৈত্রবদি থম্বালগী মপুক ওল্লবা য়াই। অম্সুম্না লেপ্পহুনা অঙাং অহু মুল্লগা লমজাউদা ছন্দোব্রম্বনি। অহুদগী মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা অঙাং অহু খুন্দুনা রণজিৎ হাইনা য়োকখিবনি।

থবাইগী মণি—থবাইগী থবাই ওইজরিবা মচাহু কাইনবগী মৈচাকনা থাংবা ঙম্মক্তহুনা থম্বালনা অহিং অমা

গৌরহরিনা তুমলিঊদা থাংনা থিন্দুনা হাংলম্নগা লোম্না ফীজেং হোডলদুনা চংখিরম্মী।

নিতাইগী দশা তাবগুম গৌরহরিগীস্থু তারম্মী। মনাও শিরে হাইবগী রায়েনশংদা মশামক্না বিচারপতি ওইন ওইনমক কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা থাকংচবা ডমখিদে।

অঙাং খুল্লে হাইনা পাওজেনবা অহ লৈবাক পুম্নমক খংনবনিনা থম্বালনা কোইনা থিরকপদা মচাবু য়োকপীবা মফম খংজরম্মী। মরম অসিনা তোইনা তোইনা মচা উনিংবগী ময়াইনা মেঘচন্দ্রথোইগী ময়ুমদা রাইকুপ থিজরদুনা থম্বালনা হাওতোম্বী শাদুনা চংলম্মী।

মচা চাওবফাওবদি হিংখিগে হাইনা লেপ্লম্মী। মচানা জ্ঞান তারক্লবা মতমদা শক তাক্লুনা রারি লোইনা লিরগা শিবা ফংজরদিকো হাইনা অহিং-মুংথিল অনিমক্তা লাইগী খুয়াদা ভক্তি কত্তুনা মতম লেল্লম্মী।

---

চহি থরা লৈরগা রণজিৎ অচু লাইরিক তম্বা লোইছনা ময়ুম হল্লক্লম্মী। মানা পরীক্ষা ওন্নকপদি চুম্নগী মরক-ময়াদা ওইরমদে। থাইগী মকোক ওইরম্মী।

মানা হল্লকপা মতমদা মহাক চহি ২২ দমক ঙাইরম্মী। মহৈতা নওনা মথোল কারকপা অছুনা কামদেবগী ভুংজকম ওইরম্মী। অউবা মী খুদিংনা মহাকপু মচা-মমাক ওইনিংদবা য়াওরমদে।

চেকশিন্না লুনা থমজরবী লৈরাং-মুজা কয়ানা খোইহি চুপ্লা অমুক্তা লেংবিরক্লবদিকো হাইছনা মপুক-মমুংদা থকু থকু নিক্লা ঙাইরম্মী।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা অনীগী থম্মোই-অতিয়াদদি পূর্ণিমাগী থাজগুম রণজিৎসিংহনা ঙাল্লরে।

মপা-মমা ওইবগী মচাগী মফমদা তোল্লিবা লমন লোইনবা হাইনা রাধাগা মপুরোইবগনা চিক্ল-চিক্ল রা তানরম্মী। মুংশিরবা মচাগী মতিকচাবী মমো কদাইদবু ফংগদগে হাইনা খোইরেল মশা পাইবমথৈ কোইথি-থিবা হৌরম্মী।

মখোইনা অঙ্গুম খল্লকপদা অচৌ-অশাং ইমুংগী মচামশু লৌনিংলম্মী। অহুনা রাধানা কৃষ্ণচন্দ্র জজগী মচানুপীহ্ হাইনিংলম্মী।

মেঘচন্দ্রহ্ হাইরিবা নুপীমচাশিবু পাম্বদি পাম্লগা মহাক্লা ফমনাই-ফমনাইদবা মী অমনিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা য়াবিরকদরা হাইনা মপুক্লিংদা চিংনরম্মী।

নুপীমচা মণি হাইবীসি অঙম-অথৌবা অমগী মচা ওইবদা নত্তনা মশাগী মতিক-মগুণস্থ লৈজবী অমনি। লাইরিক লাইশু-স্থ ফনা নিংথিনা হৈরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা চিংনজবতুস্থ লান্দে। মখোই মী-মচানা অচৌবা ইমুংদগী নুপী অমা পাক হাইবসি হঙ্গোইবা য়াবা থবক অমনি।

অহুবু মচাগীদমক চাওথোকচবদি মপাবুদি মমা ওইবী-শিংনা থরা হেল্লি। অহুনা রাধানা কৃষ্ণচন্দ্রগী মচানুপীসি হাইরুগে হাইনা চপ-মুংনা লেপ্লম্মী।

মতমহুদা কৃষ্ণচন্দ্রদি অহল ওইরক্লনা থবক তোক্লগে তৌরম্লে। রণজিৎনা মাগী মফম অহু ওইনবা দরখাস্থ

থারম্মী। মরম অসিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা রণজিৎকী মতীক-মগুণ লোইনা তারম্মী।

রাধানা চন্তু না হাইরুবা মতমদা কৃষ্ণচন্দ্র অহু হরাও-হরাওনা মচানুপী মণিবু রণজিৎতা কৎকে হাইনা য়ারকই। কৃষ্ণচন্দ্রস্থু মমাক মতিকচাবা অমদা মচা থাজবা ফংবগীদমক হরাওবহু ঙমখৈ লৈরমদে।

অস্তুম্বা লুহোংবগী বা লেপ্পবা মুমিৎমক্তদা রণজিৎপু জজ হাপ্পগী পরোবানা থুংলরে।

মুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইবনি।

মতমসিদা অরাবগী রাখল মচেৎ অমফাওবা পোকপা ঙম্বা নত্রে। লাইরবনা অস্তুম চৎথোক-চৎশিন তৌহুনা চাজরম্বা মেঘচন্দ্র-রাধা অনীগী লাইবক অহিং অমতদা রণজিৎকা তিন্নরুবদগী পুমওন ওনখরে।

অমরোমদনা চাওরবাইমুংগী ফজরবী মুপী অমবু মমৌ ওইনা ফংবা অত্রগা অমরোমদনা মচানা চাওরবা ফম অম্বা ফংবা—মখোই অনীগী মরাইবক্তা চংনা থা লাম্বা ফংবগুম থোকখ্রে। শামু-ময়ানা থিন্দোক্রুবদা কনানা পিংবা ঙমগনি?

মুংঙাইবা পাউ অনীসি ফংদুনা রাধা মন্তে-মনাও

য়াম্না মুংঙাইনা লৈরিবৈঙেদা ডাক-পিয়ন লাক্কুনা চিঠি অমা থুংলরে।

মীওইবগী পুন্সি তমফম্ থংদে!

থাবম্না ফজনা ঙাম্লবা অতিয়াবু ইখঙ-খঙহৌদনা নোংনা হেক কুপশিনখিবগুম্ রাধা মতৈ-মনাওগী মচিনবান্দা মোমোন মোমোন নোকচরম্বদু অঙৌবা ফীজংদা তুরি অমা হাইরগা মচু অমুবা তৈশিনবগুম মাংখিহনা চিনবান অনীগু পুম্মু মুশল্লম্মী।

রণজিৎনা মখোইগীদা লৈরকপসি চহি কুনলোম শুরনি। অসুক কুইরবাসি নোংমগী মৃমিং অমতা খল্লম্বা লৈতে— চিঠি অদুদা হাইরিবা রারম অতুঙলম্বা অমা লাকনি হাইবা।

অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু ঈশ্বরনা মখোইগীনি হাইনা তম্লকপা শরুক অদুদি লৌশন্দবা য়াদবনা করি খোক্লগবা হাইনা অতুম খন্দোকপা মত্তারম্মী।

মুপী ওইবগী পুকচেলনিনা রাধাদি করম্বা মতমদা রণজিৎকা মাগা মমা মচা কাইনগদগে হাইনা অকীবা ৱাখল অমনা মাগী থম্মোই লকা মুংদা লোন্তুনা লৈবদু উরম্মী।

হৌজিক্কী চিঠিদু কনানা ইরকপনো হাইবা খংনবা মমিং মথা অমতা য়াওরমদে। মরোলদি—

ইমা

রাধা,

ভগবান-না থারকপা চারবু নংনা য়োক্তু্না চাওহনবগী মহৈদি নংনা চাগনি। অদুগা রণজিৎপু নখোইগী গোত্রদা পানবদি য়ারোই। নখোয়গী গোত্র পান্দুনা লুহোংবদা শোন্‌বা-লাকপা তৌহনগনু, মদু তৌরবদি পাপ চাওরবা অমা লাকনি। থংগ্রিবৈঙদি থংগ্রিবৈঙনি। অঙাং অদু হাওবম মচানি, মপানা নিঙাই কৌই। ঐনা হাইরিবসি শোইদনা তৌ। নত্রবদি নচা মশক উবা ফংদবনু য়াই। ইতি—

চিঠি অসি রণজিৎ উথ্রবদি মথরাই য়ায়া! মুংঙাইতবা তারে হাইদুনা লোৎশন্দুনা থমগে নিংলম্মী। মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মখোইনি ভাইহাক বামিন্নরগা কান্নদে অমুম তৌদুনা হাইরম্মী। অদুদগী মখোই থবক ইনথাং তৌরুসি হাইনা চৎকে তৌবদা রণজিৎমু থুংলরে।

রণজিৎনা মাগী ফম নাইবা ফংবগী পাও মপাগা মমাগদা তমগে হাইদুনা মমারোমদা ওনশল্লম্মী। পাওদি মানা তমত্রবমু মী অম অমদগী ঙসাইনা তানরম্লবনি।

মপাগা মমাগমু মচাদা লুহোংবগী বা লোইনরকলে হাইনা তমগে নিংলম্মী।

অহুবু রণজিৎ-তু মমাগী মথবাক্তা লোৎপা চিঠিহুগী মচিন থর লিংথোক্লস্বহু উবা ফংলহুনা হংলম্মী।

ইমা করিগী চেনো অহুদি ?

ইবুংঙো, করিস্নু নস্তে, ইমানা ঙসাই পাঞ্জি য়েংলুবগী চেঞ্জেংনি।

পাঞ্জিনা করি হাইরকই ইমা ?

পাঞ্জিনা হাইরকপবু—মণি অসি লৌরবদি নং য়াম্না মুংঙাইনি। নথোইনি পুকচেল্ খোইজেল তিন্নহুনা লৈমিন্নগনি। নথোইনি য়াম্না পক্লথরে হাইরকই।

অহু ইরকপগীর্ন্না চে অহু ইমা ?

লুহোংবগী পুংফমগাস্নু ইরকই।

অমুক্তা য়েংগে অহুদি।

করি কান্নবা, চাকতুম চানবা তৌরুখো। সিদি হয়েং নংগী পাজিনা মতম শিন্নবদা মুংঙাইনবা অহুক তৌরকপনি। হোরেন চাক চাবা লোইরগা ইরেঞ্জনা পোথা-পোথানা পাবস্নু য়াবা পোৎনি।

অসি হাইরগা রাধানা মেঘচন্দ্ররোমদা য়েংলম্মী। মানা

ইমা

য়েংলিবা মিৎয়েং মতাদু য়েংলগা মেঘচন্দ্রনা অর্থ খংলম্মী। অদুগা হাইরকই—

চাক চানবহুম তৌরুরো ইবুংঙো। নং কোইচৎ চৎলুবগী ফনহুম থাররিনী।

রণজিৎ অদু মপাদা হক্ষৎনা ঙাংবা কীরম্মী। অদুনা করিমত্তা হাইরমদরে। অদুম ইমুংদা চংখরগা মফী-মরোল হোংদোকপা লাক্লম্মী।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা হিংহৌরে হাইনা মুংশা-শ্বর মপী অমা শাংনা হোল্লহুনা লৈহৌই।

অদুদগী মখোইস্তু চাক-ইশিং চানবা মহৈ-মহৈ থোরাং তৌনরম্মী।

---

## তরুক

লুহোংগদবা নোংমত্তা ঙাইরে।

হাওত্তোম্বীদু রণজিৎকৗদমক ফৈজোম অমা অদুগা লাক্লদৌরিবা মৌ অদুগীনা ফনেক অমা পুরক্তুনা লাক্লম্মী।

মহূগী মুমিত্তি মী য়াম্না তিল্লম্মী। মহৈ-মহৈ লুহোং-বগী থবক নোয়হূনা য়াম্না লাং-খোংলম্মী।

মরমহূনা হাওতোম্বীহূ সঙ্গোই মচিদা মাগী শম অহূ থম্লগা রাধা খোরকপা ঙাইহূনা লৈরম্মী।

রাধাহূ অরাংফমদা অমুক চং অহূগা অমদমুক চৎ—অশুম তৌহূনা লৈবদগী য়েংথোকখিবদা হাওতোম্বীনা ফম্লম্বহূ উরম্মী। মাবু উবদা ইচে হাওতোম্বী লাকলিবরা হাইনা হংলম্মী।

হাওতোম্বীস্থু হোই ঐ লাকজি হাইরম্মী। অহূদগী মখা তাথরম্মী—

ইবেম্মা, ইচে রা অমতা হাইনিংই। শংবা মতমদা ঙাইহাক্তা খোরকউ।

হোই-হোই ইচে ঐ খোরক্কে। ঙাইহাক্কদি ফমখো।

মাঙ্গোন্দা লৈরিবা মীশিং অহূনা করিস্থু খৌশারমদে। মখোইগী থবক অহূম তৌহূনা লৈরম্মী। মী অচৌ-অশাং অমা ওইরম্লবদি মখোইস্থু ঙাইহাক হাওতোম্বীবু য়েংহূনমক থবক লেপ্লমগদবনি।

রাধানা থবক ঙাইহাক শংলকপা তাঙ্গা খোক্তুনা

পানা মতপ অম-অনীথক পুরহুনা হাওতোম্বীদা পিজরম্মী অহুগা হাইরম্মী—

ইচে ওসিদি হয়েং লুহোংবগীনি হাইহুনা ঐ চিনবা হাইহবু হাইহুনা কায়দে। নং নয়ুমদা হনবা থিনথ্রগনি হাইহুনা ঐনা থোরকপনি। করিম্ভু লৈত্তেদনা ?

করিম্ভু থোইদোকপা লৈতে। অহু—

অসি হাইরগা মখুৎ য়েংথংবহুনা শম মমুংদা থিংজিল্লগা ইকাই-হঙোই য়ানবা মিংতানা মানা তৌরিসিবু কয়ম্নো হাইবা চিংনবা মওংদা য়েংহুনা লৈরম্মী। মখুৎ অহুনা ফী অনীথক্তু পুথোরকপা পাক ওয়মদে।

মাগী মতৌ অহু উবদা ওক্লহুনা য়াধানা হংলম্মী—

করিনো ইচে নংনা শমদা খুৎ থিংজিল্লগা য়েংহুনা লৈরিবসিবো ? করি তৌরবগে ? ঐদি থবক য়াম্না লৈরিবা পোৎনি। করিনো নংনা হাইদোবা প্রেং-প্রেং হাইরোসে।

মরৈ-লোমদবী হাওতোম্বীনা হাইদোকপা ওমদহুনা মরৈ লোম্বদৌনা য়াহু তপ্না তপ্না ওাংলম্মী—ঐ-ঐনা নচাগা, আ—আ, নচাগা নমৌগগীদমক ফী—ফত্তি ফত্তে—অহুবু মুংশিবগী ঐনা ওম্বা—অমমমদা পুরকপনিনে ইচেনা ইবেম্মা।

রাধানা নোক্লগা হাইরকই—

অহগী ওইরেসে নংনা অহুক য়াম্না হল্লোইনা তৌরিবা। কনা কীরিবনো কনাবু ইকাইরিবনো ? কদাই য়েংগে পুহুম-পুথোরকলো।

হাওতোম্বীনা অহুদগী পুথোক্লকুনা হাইরম্মী—

সে অসি লৌ, কৈজোম অসিনা নচাদা পিয়ু অহুগা অসিমনা নমৌদা পিয়ু। মীগী মমাংদগা পিরুমুকো। ফীনদি অফবা নত্তবনিনা ইকাইহুনা লৌ হাইবা য়ারোই। ত্তুমিন্না মী-পোং অমতা উত্রবা কালদা পিয়ুকো।

হেরা কৈদৌশিল্লে হাইহুনা। কহুম ফমল্লে। অম্তুক য়াম্না ফরিবসিবু মরাইনা হরাওজগনি। ঐদি অত্তৈদি লাইরিনে। করি তৌনবা ইচে নংনা অম্তুক মমল চংনা লৈরুরিবা।

মমল কৈস্তু চংবা নত্তে। ঐদি ইকাইবনা, ফীন খরা ফরবদি কৈ। অহুম্তু নত্তা, ওম্বোক্লা ইকাইরে। মীমাংদগা পুথোকমু। লোম্না নাকলদা হেক য়েপশিল্লগা পুশিনখো। ঐগীস্তু ইচাহু লৈরম্নবদি নখোইগীগুম্না ইমৌ ফংহুনা মুমিৎকা খাগা ঙানবগুম ঙানগদবনি। অহুবু লাইবক খিবনা।

ইমা

অসি হাইরগা মমিত্তগী মপী মতুম-মতুম শিঙ্করম্মী। মাগী বাচু তারগা রাধাস্ন অস্নুম্না থুম্লী—

ইচে হাওতোম্বী! কনানা খংবনো! ঐস্নু নংগী লাইবক্তু ফংবরা? লাইতুম নংস্নু য়াওনা থুরমসি, মচু :থোক্তবা ওইসনু! কীসি নচাগা নমৌগদা পিগনি— ঐনা ইথুৎমক্লা।

ইবেম্মা, ইচেদি লুহোংবা য়াওবা য়াদেদো। য়াওনিংই হাইতুনস্নু য়াওবা ফংলরোই। অতুনা ঐগী বরদি ঙসি পিরম্লবনিকো।

নচা উনথোদনা ইচে। ভাইখো ভাইহাক ফমখো। ঐ রণজিৎ কৌখিগে।

অসি হাইতুনা রাধানা মচানুপা রণজিৎপু কৌথোক্লম্মী। মমানা কৌবা তাবদুদা রণজিৎস্নু অতুম তম্না থোক্লকই। রাধানা অস্নুম হাইরম্মী—

ইবুংঙো, নমা হাওতোম্বীনা নংগীগা মমৌগগীনি হাইহনা ফী পুরকই। মাদি হয়েং য়াওররোইদবনিনা ঙসি বর পিরমলগে হাইরি। নখোই নমা-নচা বারি শাহোখো। ঐ অমুক্তা চংলুখিগে।

অসি হাইরম্লগা রাধা অদু চংখরে।

রণজিৎনা হাওতোম্বীগী পুকচেল মতাদু উবদা হাই-রকই—নংবু জাৎ তিম্লদবনা ঐগা তিম্লনা লৈবদি য়াদে। অদুবু ঐনা অঙাং ওইরিবৈঙেদগী নংনা নিত্তিগী লাক্লনা ঐগীনি হাইদুনা উহৈ অমতং পুরকপা তোকখিদে। নচা শিগ্রবা নিংশিংদুনা কয়া লুনা ঐবু তৌরকপা, অদু পুম্বা ঐ কাওদেকো! মদুগী লমনদি করম্লা শিংগনি? ঙসিস্তু স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম বর পিগে লাকলি। লমন শিংবদি অস্তুম্লা শিংজগেকো—ইমা হাইনা অমুক্তা কৌজগেকো।

অসি হাইরগা ইমা–ইমা হাইনা রণজিৎনা তোম্বীবু কৌরম্মী।

ইমাগী ইবুংঙো! —অসি হাইনা হাওতোম্বীনা পী শিস্থ–শিস্থনা লৈরম্মী।

মতৌ অস্তুম তৌদুনা মপী-গা মপী-গা থম্মোই-মুংগী তিম্ল-লৈকোন্দা ওন-থোইমীম্লরগা হাওতোম্বীদু মরুম হল্লগে হাইনা হনখরে।

রণজিৎস্তু হাওতোম্বীনা চৎথিবা মাইকৈদা ওল্লদুনা য়েং-য়েংদুনা লৈহৌই।

---

## ভরেৎ

লুহোংবা মুমিৎনি।

লৈকাইগী মরূপ-মপাং পুম্নমক ফীজেৎ-লৈতেং লৈজ-লৈজবা শেৎ-চারদুনা বর যাত্রা হৌরে। মতমচানা ময়াম মুপী মমুমদা থুংলরে।

মাগুপ ময়োন্দা লুহোংফান্দা ফমদুনা বরগা কন্যাগা অনীনা লৈবদু অউ-উদা অথং-থংদা পুম্নমক্কী মিৎকী লৈতেং ওইনা ভান্-থোইরম্মী। ইনাকথুনবগী ইমুংদা থোকপা থৌ-দোকী হৌনবা পানা-হৈনানা মরাং কাইনা য়েম্নরকলে। ময়াম্মা হরাওবনা মুভাইবনা বর-কন্যাগী ইমুং অনীগী মীনা মুংভাইবগা চপ্-মান্নবগুম্ উরম্মী।

পুরীত ঠাকুরনা বর মনাক্তা ফমদুনা শোনবা হৌগৎ-লকলে। লাইশ্রম রণজিৎ হাইবগী মহুত্তা হাওবম রণজিৎ হাইনা পুরীতনা শোল্লম্মী। মহু তাবদা রণজিৎতি করি মভোনো হাইনা হুমাং কাংলম্মী।

মহাকতি লাইশ্রম মচানি হাইনা মতম অসুক কুই-রকপসি থংনরকলিবনি। অদুগা ভসিদি মাগী মুম্নাক হোংবদুদা ভকফম থোকই। কনামতনা অসিগী মমাংদা

মাবু হাওবম মচানি লাইশ্রমনা য়োকপনি হাইবসি হাইবিরক্রি।

ওকপদা নত্তে, মপুক্লিংস্থ নোংমৈশিংজংনা পানবগা মান্নবা মুংঙাইতে। মুংশিশ্রবী মমা রাধা, মুংশিশ্রবা মপা মেঘচন্দ্র অসিদনা মাগী পুন্সিগী লাইনিংফম ওইজরক্লিবনি। মখোইগা মহাক্কা থৌরি কোলোই শন্নবগুম শন্নরম্বা অদু মহাক্লা ইলাই-লাইনা খংলম্মী। অদুনা য়াদবা মুংঙাইতবা ওন্নমদে।

নোংথাং কুপ্লগুম্না মুঙাইতবদুনা থুনমক লাকশল্লকপনা খাংবা ওন্নক্লদুনা পুন্নীত-তা হংলকই—

ঐগ্যা, কদাইদগীনো ঐগী য়ুম্নাক হাওবম হাইবা অমা লাক্লিবদুনা ?

ইবুংঙো, মদুগী য়া হোৱেন লোইরগা থন্নসি। হৌজিক পুজা অসি থুগাইবা চুমত্রে। মরম লৈরমগনি। ঐদি অদুক য়াম্না খংবা নত্তে। অহলশিংনা তাকপা মভুং ইম্না তৌবতনি। হোৱেন কোম্না মরমদু থিবিয়ু।

মহাক্লা অঙাংমক নত্রবনিনা মথরাই মুঙাইত্রবসু পুক্লিং কাজিন্দুনা লৈরম্মী রণজিৎ অদু।

ইমা

পুরীতকা মখোইনি মুরুম-মুরুম শোম্নবহু মন্নোলমক্তি তাত্রগা করিনো ৱা অমা ঙাংনখি হাইবদি ময়াম পুম্নমক খংনরম্মী। অহুনা ভাবোক ময়াম অহুনা অমগা অমগা মহৈ-মহৈ অমুক করিনো ঙাংনখিবহুবু হাইহুনা মুরুম-মুরুম অমুক খোশ্বাং য়ৈবগুম্না ঙংবা হৌরকলে।

অহুদগী লুহোংবহু তেক্ত-কাইদনা মতোল লোমখিরম্মী।

মুপী থিল্লকপগী অমুক মেঘচন্দ্রগী মমুমদা ময়াম তিন্দুনা কবোক হৈবোক চাবা হৌনরে। দক্ষিণা লাক্লবা মভুংদগী ভাবোক ময়াম হৌগৎনরম্মী।

অসুম্না অমা চৎখি অনী চৎখি মীয়াম অমতা লৈতরে, মেঘচন্দ্রগী ইমুংগী মী ঙাক্তা ঙাইহৌরে।

ঙাইহাক লৈরগা মক্লপ অমা-অনীগা লোইননা রণজিৎ মমুম হুপ্পিল্লম্মী। চাক-চা হৈজাবা মতম ওইরহুনা মক্লপশিংসু মমুম হনখরে। রণজিৎ মতোমতা মাগী কাদা লৈরম্মী।

লুহোংবা সুমিত্তি মপান্দা অহুক তৌশিন্নরবসু মপুক মসুংদদি পাখং শানৌশিংগী হরাওজবহু মপান নাইবা নত্তে।

অদুবু!!

রণজিৎকীদি মমুং-মপান চপ-মান্নরম্লে। মাগী মাইথোংদু অউবা মীনা তৌশন্নবনি হাইবা ঙম্লমদে। মুম কা অতুদা মথন্নাই পাম্নবা পোৎ থন্না লৈবত্তু নত্তনা কনাগুম্বা জীব অমতা লৈরমদে। মমুমগী ফকলাং অকোইবত্তু নহালমথৈদি মাগী থম্মোইগা অমতা ওইবগী রাথল অমা লৈরম্মী।

ঙসিদি!

কজ্জা পানবা পোৎনা কজ্জা নাম্মোত্তুনা শম্নরিবা পোৎ অনীহু তোথাই-তোথাই তাবদা মথোইনি অমতা ওইরবোই নিংলম্মী– নত্রেদো—হাইবগুম্না মাগীনি হাইনা মাগী থম্মোইগা ফক্লাং মরিহুগী থম্মোইগা তোঙান-তোঙানবা পোৎনি হাইনা খল্লম্মী।

মাগীনি হাইনা লৈজরম্বত্তু ঐগী ওইত্রে হাইরকপদা রণজিৎকী পুক্নিংদু মুংহুম অমা য়ানবগুম্না পুবা-থাংবা ঙমদবমথৈ লুমথরে। থম্মোইগী রা মতাং লাক্লবদি ফনা জ্ঞান তাহুনমু মীওইবা হাইবসি পংথবা ঙাক্কনি।

ঙসিদি রণজিৎমু অসুম অসুম খন্নরকপা অতুনা মপাগা মমাগবু ফংলরোইদরা হাইনা খল্লকলে। মেঘচন্দ্রনা কনানো —মাগী রাথল অসিনি মাবু ওৎলম্লীবা। মেঘচন্দ্রবু মানা

নহালমখৈ ওইহল্লক্লিবা অহু ওইবা য়াত্রবনিকো হাইনা থনবা হৌরকলে। মাগী মফমদা মেঘচন্দ্রনা অপোকপা মপা ওই-জরকপনি। অহুবু করি অতোপ্পা ওইগনি হাইবগী মুংনাংবনা তাইবংপান পুরমক মাগী মমিংতা পুম্নম মমখরে।

মতৌ অমুম লৈরিঙৈদা রাধানা মচাগী মনাক্তা হয়াও-হয়াও চাক চায়রো হাইহুনা চংশিল্লক্লম্মী। মচানা চিন্তা পুহুনা লৈরম্বা শক্তু উবদা হংলম্মী—

করি তৌরবগে নংবু, নশা ভমদরা, ইতুক-তুকথরহুনা লৈরিবু?

মমারোমদা মমাই থাদ্দংলহুনা ইতুক-তুকথনা হাই-রকই—

ইমা, রা অমতা হাইগে।

করিনো, হাইয়ু।

ইমাখোই পাজিখোই থংত্রা, ওসি পুরীতনা হাওবম মচা রণজিৎ হাইনা শোনখিবহু। করিগীনো? ঐবু ইপা-ইমা লৈজদবা পীতং-পাতংপা হাইহুরা? য়াম্না তোল্লবা কনা লৈত্রবরা? বারি অচুম্বা করি লৈবগে? ইমা, হাইমুগবা নচাদা।

মানা ওাংবা হৌবদগী রাধাহ্ কপ্পা হৌরম্লবনি, মখোন-দনি থোকভবা। মচানা হৎবহুদা মহাকন্সু খুমদবা রাদবনা খুম্লকই—

ইমাগী ইবুংঙো, নং ঐখোইগী অপোকপা ইচা নত্তে, অয়োকপা ইচানি।

অহুদি কনানো ঐবু পোকপা পহ্মৌ পল্লেমদি?

রাধাদি কপ্পনা হাকমনখ্রহুনা রা ওাংবা ওম্লমদে। মমাগী মতৌহ্ উবদা মাস্থ হিক হিক কপ্লম্মী। মখোইনিনা কপ্পা মখোলহ্ তারগা মেঘচন্দ্রনা চংশল্লক্নুনা য়েংলরে অহুগা হংলকই—

কব্রি তৌরবগে নমা-নচানা তৌরিসিবো?

রাধাদি অহুম কপ্লম্মী। মসিগী রারিসি মচিন-মরৈনা পহ্মোকপদি লাইরহুনা মপুকতা চুম্না থঞ্জবফাওবা ওম্লমদে—কীবনা থক্-থক্ নিরুম্মী মচা পাম্মুবদো মীনা মুনখিগনি মতাগুম।

রণজিৎনা মপাগী রা তাবহুদা খুম্লম্মী—

পাজি, ঐবু পাজিখোইনা পোকপা নত্তরা?

ইবুংঙো, থাগৈশেংবনি, ঐখোই নংবু পোকপা নপা-নমা অমতা নত্তে, নংনা পিশক পিক্লিঙৈদা মুংদাং অমা খুল্লকপনি।

ঐবু পোকপা ইমা-ইপানা হুন্দোকলমগদরা ?

মহু ইপাদি থাজদে। মচা মুংশিগ্রবা অসিবু ইরাই-লাইনা লমহাং-লমজাউদা হুন্দোকপা ওম্বা হৌনদে। কনাগুম্বা অমনা তৌরম্বস্থ য়াই।

পাজিদি মহুগী মরম অমতা থংদরা ?

ইপাদি নংবু পোকপা পলেম-পম্বৌগী মরি-মথোং অমত্তা থংদে। ঐনা থংবা হাইববু নংবু ইপাগা নমাগনা খুল্লকই অসিদনি। ওসিফাওবা কনামতনা নংবু মচানি হাইহুনা হাইরবা লৈতে। মকম ইথং-থংহৌদবমথৈ নহাল চিঠি অমা থুংলৈ। নমানা মহু পাজিগী চেনি হাইহুনা লোৎশনখিবহুনি। মহুদদা ঐখোইনু থংই নংবু হাওবম মচানি হাইবা। ইপানা খনবদি, নংবু থংবা অমদি নংগী মরিমত্তা নত্রগা নপা-নমামক লৈরমখিগদরা নিংই। অদুবু ইপানা থিবা থংগদরা থংদে।

মথরাই ব্রারস্বহু অমুক হেনজিল্লক্লে, কয়িনা হৌজিক্তি চাননা থংলে মহাক রাধাগী মচা নত্তে হাইবা। অদুগা

অমুকসু—থিবা খংগদবা খংদে হাইনা মেঘচন্দ্রনা মমৈদা হাইবা তাবদুদা অমুক হেন্না পাখংখরে। মহাকনা মপাগা মমাগবু সুংশিরক্লনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগবু থাদোকনিংলমদে। মপা-মমা অপোকপদি শকসু খংহৌদে অদুগা পুন্সীচুপ্না অয়োকপা মপা-মমাদবু মাগীদি লোইরবনি হাইনা লৈরম্মী।

মরমদুনা পাখংমনখিদুনা রণজিৎনা অঙাংমচা অপিশক অমগুম্না কপ্পদুনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগী মখোং কোল্লদুনা হাইরকই—

অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু নখোইনা ঐগী ইমা-ইপানি, ঐবু মতম পুম্নমক্তা থাদোকপিগনুকো, ইমাগা পাজিগনা।

অদুদগী মেঘচন্দ্র মতৈ-মনাও অনীনা অয়োকপা রণজিৎপু মকোকতা নাল্লদুনা হাইরকই—

মপোকসিমগী নং ঐখোইগীনি, ঐখোই নংগানি।

---

## নিপাল

রণজিৎনা মেঘচন্দ্রগা রাধাগবু মপা-মমা ভশেংবা নত্তে খংনমক মখোইনা মাবু মচানি হাইনা হায়গী মতৌওয়া লৈগনি হাইবদুনা মথরাইগী অৱাবা কোক্লকলে। মপা লৈতে হাইরম্বা মমা লৈতে খল্লম্বা রাখল অদু মাংখ্রে— নোংজুথাদা নোংনা কল্লা মংখিদুনা পুম্নম মল্লম্বা অতিয়াদা ইখং খংহৌদনা কোরৌহনবা থুমিৎনা ফুং ঙাম্মোকলকপগুম।

মপা-মমা অপোকপশিংগী মখোং-মরি থিনিংবগী রাখলদি থজু থমগ্রদুনা মখোই লৈরমখিনি হাইবা রাখলদু ফাওবা খনজনিংলমদরে।

অদুবু !!

মতমগী খুজিলদি মীনা খংবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মতমগী খোংলৈ লৈরকপগা লোইন-লোইননা মী পুন্নমক অমগা অমগা ঙাংনরকপা হৌরকলে—রণজিৎ অসি মপা-মমা মশক খংদবা খুল্লকপা অঙাংনি, রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা য়োকপনি হাইনা নাকোং অমদগী নাকোং অমা য়ৌনরম্মী।

অথংবা অহলশিংস্থ কাউরুবগুম্ লৈরুবদগী ময়াম্না ঙাংনবহ্ন য়াওরকলে। চুম্মী হাইনব্রকলে।

রণজিৎতি ময়াম্না মুশুক মুশুক ঙাংনবসি তারগা করিস্থ নাচুংবিরমদে। মাগী অওইবা রা ঙাংজবতনি। মাগী হাইববু রাধাগা মেঘচন্দ্রগা অনীদবু থানত্রগা লোইরে। অহুনা অহুম ভুমিন লৈরম্মী।

কনানো মসিদা মথরাই শোক্লম্লিবদি? রণজিৎকী মকুবোক কৃষ্ণচন্দ্রনি। মহাক্কি ফম্লাইবা অওস্থা ওইরম্লিবনি। লৈবাকী অচৌ-অশাং মরক্তা য়াওজরিবনি। মতম লৈবা খিবিক্তা চাওথোকনিংবা নিপা অমস্থ ওইজরিবনি। মাগী মমাকনিপানবু মখোং-মরি মশক থংদবা নিপা ওইবদি মহাক পামজদে। জাৎ নাইদবা মৈতৈরা পাঙল্লা অহুস্থ থংদে।

মহাক্না থল্লবদি মেঘচন্দ্রমক্লা পোকপা মচানি হাইনা থল্লম্বনি। পীতং-পাতংপা মচা অমবু মচা পোকপা কংজব্রবা মতৈ-মনাওনা মখোইমকী মচানি হাইহুনা তৌবহু মঙোন্দা লৌনম অমা তৌবনি হাইনস্থ থল্লকলে। মহুগীদমক লাকচৈদা হাইনা তকশি শোল্লক্লে।

হে অকাউবা কৌবা লাই। মেঘচন্দ্রনা অঙাং অমা

খুন্দুনা য়োকখি হাইবহু কৃষ্ণচন্দ্রনা ইলাই-লাইনা কাউখিদো, হৌজিক্তা নিংশিংলকলে। অদুগা অঙাংদুদি মনাওনিপানা হাংখিবা হাওবম নিঙাইনা পোকপনি হাইবহু খংলমদে। অঙাং অদু হুন্দোকপা কালদা কদাইদা হুন্দোকখি হাইবফাওবা হাইরম্বা নংদবমথৈ মনাও নিপাদি থম্বালগী মখুত্তা য়াইবী-থরাই মাংথোকখ্রে। খুনবা মতমদা খুল্লিবা মী মেঘচন্দ্র অসিবু তশেংনা খংবা লৈখিদে।

অম্নুম্মা অকাউ-লাংদা থুহুনা কৃষ্ণচন্দ্র অদু রণজিৎপু মশক খংলমদে। মহাক্না তৌরম্বদুবু পাখৎমনখিহুনা মুংঙাই-মন্দবনা রণজিৎহু লাইশ্রম মচা নত্তে হাইবদি করম্মা খংই হাইবা ফাওবা মেঘচন্দ্রদস্নু রণজিৎতস্নু হংগে হাইবা লৈতে। মহু হংলবদি হাওবম মচানি হাইবা খংলমগদবনি অদুগা হাওবম নিঙাইনা মপানি হাইবা খল্লবা ঙম্লমগদবনি। অদুমক্তস্নু তৌবা লৈখিদরে অকাউ-লাই চুখিবনা।

চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পা করিমতা চংলমদ্রে। মহাক্তি চারে রণজিৎকী রা, তুমলে রণজিৎকী মং, কোইরে মমাক-নিপা হৌরকফম খংদবদুগী রাদ ঙাং-শক্তুনা মরৈরম্মী। মাগুম্বগী মমাক্নবু শকনাইদবা জাংনাইদবা ওইবদি—অসিতনা

মাগী চাওখোকচনিংবা চাউজবা মপুক্লিংথুদা বজ্র-শিংজং তাবগুম শোকখরে।

মথৎবাই য়ামনখিবনা অতুগা চাদ-থক্তবনা দেহে অতু পুম্বা য়ারক্তুহনা নোংমদি কুম্বরে। মহাক নাতুনা লৈরে হাইবা তারদুনা রণজিৎকা মণিগা অনাবা হংবা চৎখিরম্মী।

মখোই হেক থুংবদা কৃষ্ণচন্দ্রনা মচাম্পুপী মণিবু কোল্লহুনা কপ্পা কপ্পা হাইরম্মী—

ইপাগী ইবেম্মা, লাইবকখিবী ইচা লাক্লবরা? ইপা লাল্লেকো, ইপাবু নং বারৌগম্বকো।

অসি হাইরগা মমাকনিপাম্বোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই—ইবুংঙো রণজিৎ, নং অসি নগুণ লৈ, নশক নতৌ য়েংবদা অশোইবা অমত্তা য়াওদে, অতুগা লৈবাকীম্বু চাওম্ববা অওম্বা অমা ওইরি। অতুবু ইবুংঙো, অহল-লমল মশক থংদবনা নংবু মৈতৈবা পাঙল্লা চিংনবনা ইকুদি য়াম্মা বারে।

মাগী মাসি তারগা রণজিৎনা কপ্প-কপ্পহুনা হাইরকই—

ইকুবোকপু, ঐনা মণিবু মকম থংত্রবা মপান নাইত্রবা ইপাক-ইয়াই অমদা পুরি। করম্বা মতমদা অৱাৱসি কোক্লগদবা হাইনা ঐম্বু হোৎনরকলি। ঐহাক হাও-পাঙলমক্তি

নত্তবামাল্লে হাইনা ঐখোইগী পাজিগা ইমাগগী মচিন্দা থোকলি। অচুমকম্ব ইকুখোকনা অচুক য়াম্না থবাই শোক-পিরবদি ঐগী তাংদাংবা অমা থংনবা থিজনি।

মপুরোইবগা মপাগগী ভাংনরিবা রাম্ভ তারগা মণিনা নোক্ল-নোক্লদুনা থুম্লকই—

পাজিনা করিগী রারিবনো? পাজিখোই ইমাখোইগীদি করিম্ব মাংবা লৈতে। ঐগীদা মাংজবনি। অচুবু ঐহাক্না অমাংবা নত্তে অভোংবনি হাইনা থনবা ভমলিবা মথৈ করিগী রাফম থোকপগে?

অচুদগী মণিনা মপুরোইবরোমদা ওনশল্লগা অমুক থেমজল্লকই—ইবুংঙো, করিগীনো অচুক বানা পারি-পুরি থিবিগে হাইববু। ইবুংঙোগী চাওরবা পরিচয় অমা ঐ থংই, মচুদি ইবুংঙো মীনিনে, নহাক ঐহাক্কী ইকমদা দেবতানি ঐগী পুন্সি অসিগী হিনাওশাবনি।

মণিগী রাম্ভ তারগা কৃষ্ণচন্দ্রনা থুম্লকই—

ইবেম্মা, লৈবাক্কী চংনবী হাইবা অমা লৈ। মীনা ইপাবু করিনি হাইনি?

পাজি, চংনবী হাইবসি মীওইবা ঐখোইগী থুংশেমনি—

লাইশেম নত্তে। ঐখোই ঐখোইগী কীভম মতুং ইম্না চৎপা হাইবত্নি। চৎনবী কীবনা থল্লাই ল্লানবগী মরম নত্তনা করিস্নু ওইবা য়ারোই।

ল্লা ঙাংনল্লিবা মখোই অহুমগী মরক্তা থ্বাইদগী নহা ওইল্লিবা মণিনা থ্বাইদগী শিংবা ল্লা হাইবত্নদা অহল ওইরবা কৃষ্ণচন্দ্র অদুগা লাইরিক-হৈবা, লৈবাক্কী হৈ-শিংলবা বিচারপতি রণজিৎ --অনিমক ল্লা ঙাংকম থংলমম্রে, তুমিন তুমিন লৈরমলে।

অতুদগী মণিগী মমা পল্লানা হাইরম্মী

ইচানা হাইরিবসি অচুম্বনি। করি কাল্লনি ঐখোইনা ল্লারুক্তনা। রণজিৎনা মতিক চাদবা নিপানি হাইবস্নু নত্তে। মাগুম্বা মফম-মল্লাং থংদবা কয়ানা জগৎকী শিংথানবদা ল্লাওবা মী ওইরি।

দুর্বীনি ল্লাহু তারগা কৃষ্ণচন্দ্রনা তপ্না তপ্না হাইরকই—

ইচানা হাইরিবসি চুম্মি। অতুবু—অশেংবা অমা থংবদি হৈফদনা মীগী মমাংদা চোপতেদনা। মীনোক চংবা হাইবসি ফত্তেদা। ফরে, হৌজিক্তি নখোইনি য়ুম হল্লো। ইপাস্নু পুক্লিং থল্লা ইংলে। নাবা ফরগনি হাইনা নিংলে।

ইমা

অহুদগী রণজিৎকা মণিগসু অহল-লমন খুরুম্নগা ময়ুম হল্লকলে। কৃষ্ণচন্দ্রসু পোখাহনা লৈহৌরে।

---

## মাপল

রণজিৎকা মণিগা ময়ুম য়োৌরবদা রাধানা হংলম্মী—

অনাবদি করম তৌহৌরে, করি ওইনা নাই ?

মণিদি হাইবা হঙ্গোইরম্মী। মতু খংহনা রণজিৎনা খুম্মকই—

অতৈ করিসু নস্তে ইমা, ঐগী মরমগী মুংঙাইতবদগী নারিবনি।

মচাগী রাহু ভাবদা পাখংলহনা রাধানা হাইরকই—

করি হাইবা, নংগী মরিগী মুংঙাইতবা ? নংনা করি তৌরুহনা ? মণি, ইবেম্মা, নঙোন্দা রণজিৎনা করি তৌগ্রহনা নংনা নয়ুমদা পাও তম্ল্ রিবরা ?

রাধাগী পাখংপদু উবদা মণিদি বা খুম্বরা হাইববু কীবনা মহাকপু থক্-থক্ নিক্লম্মী। রণজিৎনা নোক্ল-নোক্লহনা মখোইনিবু তপথহন্নবা মমাদা হাইরকই—

## ইমা

ইমা, ঐনা করিস্থু তৌদে, মণিস্থু করিমতা তম্মুবা লৈতে। ইকুবোকনা ঐ অসি কনানো শক খংদবহুদা মণিবু কনাদা পীরিবনো হাইনা খনবদগীনি।

রাধানা রাহু লোইনা ভাব তারমদ্রে; অহুনা অমুকস্থু হংলকই—নংবু কনানো শক খংদবা হাইবদি ইবুংঙো?

ঐ অসি লাইশ্রম মচা নঙ্গে হাইবদি থাঙ্গে শেংলে, অদুগা মৈতৈবা হাওবা হাইবদি থাঙ্গে শেংদ্রি। অতুননি শক খংদবা হাইবদি ইমা।

রাধানা তুমিন্না মুংশাম্বর মপী অমা হোল্লগা হাইরম্মী— উম, খংলে। মণিদি করি হাইরি?

রণজিৎনা খুমগে তৌরকপদা মণিনা মাগী বা হংলিবনি হাইহুনা মখোন নিক্কা-নিক্কা খুম্নকই—

অবোক, ঐনা করি হাইনি? ঐগীদি ইপুরোইবনিনা - চণ্ডাল, হরি, নাপেত ওইগে হাইরবস্থু ওইসনু, ঐগীদি লাইনি, লাংনক্ষমনি—নিংনক্ষমনি।

মাগী পাওখুম তাবদা রাধাগী থরাই মুংঙাইরম্মী। মপান লাইদনা পেল্লমলে মহাক। মাগী থম্মুংদা মুং লাওনা

# ইমা

হৌরকপা মুংঙাইবগী ইথকতু মপান থুনা থোকখিরবা মরম্না অমুম্না হাইরকই—

সতীদনা অমুম্না হাইবা লেম্মী। সতী নংবু ইমৌ ওইনা ফংজবদি নহাক মপোক কয়ারক্তা ইনেম্না কর্ম্ম করকপননি। লাইবক ফৈদা ঐহাকসে ইনেমগী ইবেম্মা।

অসি হাইরগা মচারোমদা মিৎয়েং অমা তৌনা য়েংলম্মী। মতুগী হাইরিবা অর্থদ মমৌমুপীবু করিগুম্বা মরম অমগীদমক থাদোকপা য়াদে হাইবগী ইঙ্গিত তৌবগুম্বা অর্থনি।

রণজিৎমু অহোই হাইবগুম্না মমাই মাইথোং অতুদা হাইফেৎ উৎলম্লগা ইমুংদা চংখিরম্মী। মণিমু মপুরোইবা চংখিবতুদা থৌনা ফনা মনেম্মোক থাদোকুনা অতুম ইমুংদা চংখিরম্মী। রাধানা মাঙোন্দা ফমতুনা রাখলগী ইশাক্তা তাওতুনা লৈহৌই।

লাইরবনা শেল ফংনিংই। ফংদ্রিবৈদ, ফংনবা হাইতুনা রাই, ফংলগা অতু মাংদনবা করি তৌগদগে হাইনা রাখল পোকপা চৌই। তুরান চিঙ্খৌবা কয়া লাকই, অতুদগী ইকোং-ফোংনা লৌগে পিয়ু হাইরগা লৌবা মীমু কয়া

লাকই। মখোই ময়ামতুদগী নাম্ঘোক্লবা হাইহুনা লাইররিভৈ মতমদা ঙাংলক-শক্লক্তবা মীনম্‌-শোরি কয়া ঙাংই, মপান্‌ নাইদে। খোংকাপ অমতং কানখোরকপদা হান্নবা লোল্লন্নবা থোং-লুক অহু লোল্লমত্রিবরা কব্নিনো হাইনা পুক্নিংদা চিংনবা হৌই। অহিং-মুংথিল অনিমক্তা মাগী শেল অহু কদাইদা করম্না মাবু থাদোক্লম্‌গদগে হাইবগী চিংনবনা মপুক্লিং-খোইদৌ লৈভাবা হাইবহু রাংলি। লুনা ভাঞ্জবা লুনা থমজবা পোং মাংথিগনি হাইবগীদমক কয়ামুক মপান নাইদনা রাই।

মতৌ অস্নুম্না মচা কৌবা লন অহু লৈতহুনা লাইররম্বী রাধানা রণজিৎপু ফংজরে। ফংলকপা মতমদা মাগী ওইহুনতা লৈগদৌবোই নিংই। অহুবু হৌজিক্তি রা অমা অমা তারকপদগী মাগী ফীজিগী লন ওইজরিবা রণজিৎপু করম্বা মতমদা মথুক্তগী শংথিগদগে হাইনা চিংনহুনা মতম লেন্দবা য়ারমদে।

রাধানা রাখল অমুক তৌই, অমুক হিক্লা-হিক্লা কপ্পি। মীনা মথরাইগী লন মাংথরগা কপ্পি, মহাক্লা মাংথিগদরা হাইবগী —মাংদনবা করম হাইনা থমগদগে হাইনা খন্‌বদগী কপ্পি। মকপ অনিসি কপ্পা মতম তিম্নত্রবস্থ মরমদি অমতনি!

ইমা

মমানা কপ্পহু তারগা রণজিৎনা মথৰাই সুংঙাইমনখি-ত্রহুনা থোরক্লুনা মমাগী মনাক্তা খুক-খুদক কুপ্পহুনা মমিত্তা মপি শিপ্পহুনা হাইরকই—

ইমা, করিগী কপ্পি ? নচাবু শোকই হাইহুনা কপ্পিবরা ? ঐঙোন্দা কনামত্তনা করিস্সু তৌদে।

মপী তৈথোক তৈথোক্লা রাধানা মচাদা হাইরম্মী—

ইমাই-বুংঙো, নংবু মীনা করি তৌই হাইহুনা কপ্পা নত্তে। নংবু·······

অসি হাইরগা থক পল্লি, মথা ত্তাথবা ওয়মদে। মাগী মবুকনিংদা লৈরিবহু হাইদোক্লগা মচাগী থৰাই রাখিগদরা হাইনা খল্লম্মী। হাইদোক্লগে খল্লি, মচা সুংশিবগী মকমদা রা লোৎপা হৌনদে নিংই। অহুবু অমুক কিবনা থক-থক নিক্লম্মী। মানদি মচাগী মকমদা থুপ্পা হৌনদে হাইহুনা তৌরগা রা অহুনা মচাগী মেংলে হাইনা মমা ওইরিবী মানা খনজবা অহুগুম্বা মচাগী থম্মোইদা তাশোম্না খিনবগুম তৌখ্রবদি হাইনা অমুকস্সু খল্লি। মিকুপ-মিকুপ্তা রাখল ময়ামসি অমগী মথংদা অমা পোক্লকুনা রাধাগী থম্মোই অহু সুরু-সুরু নৈহৎলম্মী।

মচাগী মাইকৈরোম্নদা অমুক য়েংই—অমুক কুইনা য়েংবা ঙমদক্লনা মমাই লুকথরম্মী।

মমাগী কোইচেল কোইচেল চেনবা মাইথোং অদু উরগা রণজিৎকী মুংঙাইতবা লাংতক্লবা অমুক হেল্লম্মী। মমানা কপ্পিবা করিগীনো হাইবা মুমা অদুগা থুনা থংমিংলম্মী। অদুবু মমাগী মতৌদু উবদা ইমা হাইরো হাইনা পাক্-পাক্ হাইবন্দু ঙম্লমদে। মমাগী মিংলু অনিদগী শিন্থরকপা পী ইরা অদু উরগা মাগী মিংলুদম্ভু তুয়েলগী ইচৌরকপঙুম মপী মতুম মতুম তারম্মী। মপী মতুম অমমমবু মমানা মুক্তা মতুম ওইনা বিংলম্মী।

মম-মচা অনিগী মতৌ অসি উবদা থুং কাওবা মঙী চেন্নবা ঙম্মি থন্দে। রণজিৎনা ঙাইহাক লৈরগা হাইরম্মী—

ইমা, হাইগ্নুগবা, নপুক্লিং লোইনা তেংথোকউবা। করিগী হাইনিংত্রিবনো? নংনা বারগা ইমা নচাদি থোইনা বারে।

মচাগী বাহৈ অসি তারগা মচাগী মাইকৈরোমদা শংত্রিক-শংনা রাম্নানা য়েংলম্মী। শংতোকমনথিবনা মচা-কাওবা উরমদরে। মপান্দা করি থোকলি হাইবকাওবা থংলমদরে, থবাই য়াওদবা হকচাংঙুম যাদু-মন্ত্র অমনা

## ইমা

উচুক অমা থিনবগুম ইলেং-লেংদনা লৈরম্মী। মচুম তৌত্রিবৈগী মমাংদা মশা পুম্বহ অমুক্তং থক্-থক্ নিরম্মী। অমেংবা মীগী মমিত্তা করিনু ওইনা উত্রবন্ন মাথাগী মশাদদি মুহারাবদা পৃথ্বী অসি থোক্-থোক্ লাওনা মাম্না কম্না নিকপগুম নিরম্মী। অদুদগী থংলেপ লেপথিবচুনা মপুক্লিংগা মপানগী করিমত্তগা মরি লৈনরমদে।

মমাগী মতৌম উবদা রণজিৎ ওইহাক শংত্রিক মেংলমগা মশা পাইছুনা ইমা–ইমা হাইনা নোমক্লে। অদুদগী মাহরুমদগী ছৌগৎলকপগুম তথক্-তথক্ মেংছুনা লৈরম্মী। রণজিৎনা হাইরকই—

ইমা, নংমা ওসি তৌরিবা মতৌসি করিনো, ঐবু হাইকম থংত্রেনে ইমা! নচাদা শেংনা হাইযুবা।

জ্ঞান মাংলুরবা মাথাহু মপুকতা থোনা অমা ফংলক্লে। মানা মাম্নগা মচাম্নু মাগনি নিংলকলে। মচাগীদমক মাগী অরাবা কোঙাই আঃ থাপ্না ছন্দোকথমগে থল্লকই। কংশল্লবা চিনবান অনিহু মোমোন মচা অমা তৌরম্মী। মম্না গুল্লবা অহিংদা মফম থংহৌদবমথৈ থাবল ফরকপগুথনি। মহাক

রণজিৎকী মক শিনিংলবনি হৌজিক্তি রণজিৎকী মক ছিংসিং-লকলে, অদুম থন্নজুনা হাইরকই।

ইমাগী রণজিৎ? ইমানা শেন্নামনা থন্নুরে! নংবু ঐগী কীজিদগী কিশি লৌথোক্নুনা কনাওবা অমনা পুথিদরা থন্নুরে—অদু কীবদগী কপ্লিনেে ইমানা।

মমাগী শুকচেল থংলদুনা রণজিৎনা মমাগী মন্দাকিনীগী ইচেলগুম্বা চেন্নরক্লিবা মপী অদু থরবা হাইদুনা হাইরকই—

ইমাবু থাদোক্নুনা কদাই চৎবুনি, কন্নিনো অন্দাওবী-দৌনা লোন্নিবসিবো? শিন্নি কাওবা ইমা, ঐ নংগীনি।

মমা-মচানা অদুম্না ভোংথা-নাওইনবিদৈগী মতমদা হাও-ভোথীম্নু লাক্লম্মী। মনমদা শম অমা পোরকই। মামা পর-পরং চংলদুনা হাইরম্মী—

কন্নি ভোবে ইবেম্মা ম্নাধা, মংবা অদুক ম্নাম্না কন্নিথবু? হান্নমা, ইবুংঙো, নমা-মচা অনিমক কন্নিবরা? নমা-নচাবু কন্নি মুংঙাইগবা ম্নাওরবগে?

মমা-মচা মশেল মুংশিনজবগী মাহ অতোপ্পা অমদা শারুদুনা কান্নদে হাইবা থংই। অদুবু মাধানা হাওভোথীবু মথোইগী ইবুং-মমুংগুম লৌই, মানম্নু মন্নগী মত্তিক-থোকপা

ইমা

মুংশিবা মতৌনা বা হংলকই। মরমছনা তুমিন্না নৈথোকপা ওন্নমদে রাধাছ। অছনা রাধানা অশুন্না হাইরকই—

ইচে তোম্বী, নচা রণজিৎ অসি ঐথোইনা পোকচবা নত্তেদো। অস্থক কুইররুবসি নন্দ-যশোদানা মপারী কৃষ্ণবু য়োকপগুম লুনা তৌররুবা ইচানি। অদুবু কনানা খংগনি - দেবকী বসুদেব খোরক্তুনা যশোমতীগী কোকথক্তা বত্তু তাখিবগুম ঐগী ইরাইবক্তসু থোক্লবদি? য়াম্না চিংনরে ইচে ঐদি। রণজিৎ চৎখিগত্রা হাইসিনা ঐগী থম্মোই অসি পুবা ওমদে হাইনরম্লিবনি।

রা অসি হাইরগা রাধা মথওাই-মঙা য়াওনা অমুক রণজিৎ লোমদা য়েংলম্মী। মাগী মফম্মদদি ওরানি পানবগী থাজ মান্নবা মাইথোং অদু য়েংবগী ওকপা নাইরমদে।

মতৌ অসি উবদা হাংতোম্বীনা মুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। মাস্থ মুংওাইত্রহনা শক হশাজন্নগা রণজিৎতা হংলকই—

ইবুংঙো, নমানা চিংনরিবসিদি নংনা কোকহনবা ইলাই-কাইনা ওম্মী। অদুবু পলেম-পম্মৌ অশোকপনা কল্লি হাইরিবরা?

হাইরোই, ইমা তোম্বী। ওসাইদগী ইমাদা মচু হাইদুনা লাক্লিবনি।

অদুবু ইবুংঙো, মখোইনা নংবু পুত্রবদি লৈবা ওম্মোই হাইরবদি করম তৌগনি ?

ইমা তোম্বী, জগৎপুম্বনা অমত্তা ওইখ্রবসু ইমাবু থাদোক্নুনা ঐহাক শিত্রিবা ফাওবা কদাইদসু চৎলোই।

সুংশিদা, নরাহৈ-দু তাবদা, ইবুংঙো।

অদুদগী হাওতোম্বীনা রাধারোমদা ওনশন্দুনা অমুক হাইরকই—

ইবেম্মা, রারুম্মু, করি তৌনি ? নং ঐনা তথা ওম্বা নত্তে। নচানা নংবু শিবফাওবা থাদোকপা ওমলোই।

মখোইনিগী বা তাবদা রাধাহু মীপাইবদি য়াম্মা হন্থরমে। অদুমদি ওইরগা মপুক্লিংগী চিংনবদি কোক্তবনা হাইরকই—

ইচে, রণজিৎনা ঐবু থাদোকনি হাইবগী চিংনবা নত্তেনে, মাবু চিংদুনা পুথিনি হাইবগী খনবনিনে।

রাধাগী চোইরোল অদু তাবা ওক্লদুনা হাওতোম্বীনা হাইরকই—

ইবেম্মা রাধা, নংনা অদুক য়াম্মা চিংনরিববু করিগীনো ?

চহি কুল্লোম অসিগী মঙ্গুংদা নচানগী মতিক চায়বা মী অমা ওইরম্লুনা লৈরবা অসিকাও খোরকত্রবা মমা-মপাম্নু। হৌজিক অমুক কদাইদগী খোয়কদৌরিবনো? তানিংদেদা নং অসিনা তৌজ-শাবনু। তৌবগীবুদি নচা মুংশিজবগী ময়ায়না ওাওরম্লুনা মতৌবা—অম্লুগা ঐখোইনা অম্লুম খনবদদি মহাকপু পোকপা পলেম-পম্বোদি খোয়কনি হাইবা হুন্দক মপোক অসিদা থাজদরে। মরি-মতানা খংবা মাওরম্নগা অম্লুক লাকদবা নত্রগা হংই-হু মঙাইরে। মখোইনবুদি করি তৌজবা ওমগদবনো।

মমাবু খেমজম্নবা হাওতোম্বীনা ঙাংজকপা রাহৈ ময়ামদি তারগা রণজিৎনা মথরাই খয়া মুংঙাইরম্মী। অম্লুমা হাওতোম্বীদা হাইরকই—

ঐবু খংবা নরিমতা কনাম্নু লৈবম্নয়োই। লৈরবম্নু ঐবু কনানা মুনবা ওম্নগদগে?

মাগী রাসি তারগা হাওতোম্বীনা মবু ক্লিংদা নোক্লিংলম্মী। অম্লুগা মমা অয়োকপীবু মুংশিরিবত্নুগী খল্লুরগম্নু রণজিৎপু হাওতোম্বীনা নুম্না মুংশিরম্মী। নোক্লিংঙি হাইম্লুনা পাক নোকখোকপম্নু য়াদবনা অম্লুগা থম্নুংদগী হোৌরকপা নোক্লিংবগী

ইহন অহুম্ পুম্থিং-থিংবা ওমদবনা নোকমি নোকমি তৌরম্বা হাওতোম্বীনা অহুম্মা হাইরম্মী—

নৈবাক্কী বিচারপত্তিম্ নহাক্কি। মংগী নকমদা কনানা করি তৌজরগনি ?

থংজ্রেদা ইমা ?

মতৌ অহুম তৌহ্না মখোই অহুম ঙাংনরগা রণজিৎতু ইমুংদা চংখ্রে। কমুংদা কংহ্না চুরুট অমা চিংলম্বা রাথল তৌরম্মী।

হাওতোম্বীম্ 'রাকম্, দেহে মমবনি' হাইরম্লগা চংখ্রে।

রাধাদি ?

কম্মথৈ কম্লগা ইমুংদা চংখিরম্মী।

---

## তম্না

রণজিৎ অহু মুম্নিং মরি-মঙানি লৈরগা মপা-মমা মশক খংনবা খোঙ্গাং হৌরকলে। মহাক করিমত্তা মপা মমাগী মরি-মখোং থিজম্নিংলমদবনি। থিনিংদবসি রাধাখোইগা

ইবা

থাদোক্লগনি হাইবগী ওাক্স নত্তে অদুগা মহাকমক্লা মপা-মমা অপোকপশিংহুবু ওকম্লংমক মুংশিদবগী ম্লাস্থ নত্তে। অস্থুম চুম্না থিরুহুনা ফংগনি শোইম্নরোই হাইবস্থ ওমদবা থবক অহুগীদমক মানা অহুক থৌ-ম্না শাজদবদনি। অপোকপা মমা-মপাবু মুংশিবা হৈত্রবদি করম্না অয়োকপা মমা-মপাবু মুংশিবা হৈগদৌম্নিবনো?

মহাকীদমক মকুবোক্লা চিংনম্নিবা অসিনা মক্ল ওইবা মম্নমনি। মপুরোইবা-নিংবী সতী মণিবু শেংন কাইনহনবা ওমদবগীদমক কৃষ্ণচন্দ্রনা বাম্নিবা অহুগা রণজিৎনা নচা লৌজ-থরো হাইনা পিথোক্কে হাইম্নবস্থ শিংথোকখ্রবা তিন হনজনবা ম্নাদবগুম ম্নাদবা—মম্নম ময়াম অসিনা রণজিৎ অহু মাবু পোকপা পলেম-পম্নোগী মথোং-মম্নি থিবা হৌবনি।

মহাক হাওরা-পাওক্লা মশক থংনিংলম্লে।

মম্নম অসি মমা রাধাদা হাইরম্মী। তৌইওম্নম্নুং রাধানা মথম্নাই বাবা হেল্লম্মী। মবুক্লিংদা থাজরম্মী—শোইদনা রণজিৎকী মমা মপা থোরক্লবদি মাবু পুগে হাইগনি। অদুদা মহাক কপ্পা নত্তনা করিস্থ তৌকম লৈরোই হাইবা রাধানা তরংনা থংজে।

অহুবু রাধানা রণজিৎতা মপা–মমা থিবহু তৌরুগন্নু হ্যুইবস্নু ওল্লমদে। হাইরুরগা মহুমা হেম্না রাবা ওইগনি, কব্রিনা মুংশিগ্রবা মচাগী নিংবা থিংবদি মাগী থম্মোইনা ওল্লমদে। অস্তুম মুং অনিগী মরক্তা হা ওন্দুনা রাধাহু কপ্পতনা পাম্বে ওইরম্মী।

নিত্তিমক্কী রণজিৎনা য়ুম হনজিল্লকপদা মমা রাধাগা মণিগনা করি পাও তারকপগে হাইনা রা হংলম্মী। মহাক্কা পলেম-পম্হৌগী খোং-লীবহু ফংগদৌবগুম আশা লৈনা পাও-তম্বা মুম্বিংত্তদি পাও অহুনা রাধাগী মকমদদি বজ্র-শিংজং তারকপগুম থোক্লম্মী। অহুগা মণিদি মুংঙাইরম্মী, কব্রিনা মহাক্কি মনেম্বোক রাধানা চিংনরিবহুম্না চিংনরমদে।

মেঘচন্দ্রদি ?

মহাক্কি নিপানিনা থাংবা ওল্লম্মী। লাইনা নোংদম্বা অম্মা তম্লকপা হাইবহুনি হাইনা থম্দোকপা ওল্লম্মী। মবুক্কিদদমক রাজরবস্নু অহুক য়াম্না রাধাগুম্না মখোল থোক্লমদে পাওদি অহুম তারম্মী।

নোংমগী কোরৌ শিংবুম অমতা পাও হংবা রাধাদি লেপ্লমদে। বারবস্নু মতমসিদগী হৌহুনা রণজিৎকী মনাক্তা

কপ-লাউবদি তোক্লমলে। মম্নম অহুনা রণজিৎস্নু থৌনা ফনা মরম থংলকপা পুম্নমক অমতা চিংথদবমথৈ মম্যাদা তম্লম্মী। রাধানা মচাগী মমাংদা কপ-লাউবা তোকলে হাইবগী ওাক্তস্নু নত্তে, মমাগী মফমদা করিগুম্বা অমতা থুপচনিংলমদে।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগনা করম তৌরম্মী? মমাকনিপামা মাগী হৌরকফম থংনবা থিরি তাবদা অরা-মুংঙাই য়াম্নমা লাইদা তুলসী পত্র কৎতুনা যম্ন নিরকলে। হন্দক রণজিৎনা চৎলিবা থোংচৎ অসি মঙ্গল ওইহনবিম্নু হাইনা থুক্লম্লম্মী। অহিং-মুংথিল পুংজা থুদিংমক্তা মথোইনিগী থম্নুংদগী থোরকপা থোঞ্জেল অহনা কন্না শিং-হুম্বা নোংলৈ-মুংশিংকা লোইনমা মাইগৈ-শন্দাই শুনা চত্তুনা ভগবান-না লৈবা লমদম পাংলক্লে।

রণজিৎস্নু থরাই হকচাং য়াওনা পারি-পুরি থিবা হৌরকলে। মাগী থবকসি পাংথোকহনবিম্নু হাইহনা মথরাই মঙামক ঈশ্বরদা কৎলম্মী।

অসোমদনা কমদৌরি অমুক?

রাধাগা মেঘগা অনিক্না করম্নো হাইনা থম্মোই থক্ থক্

নিকপমখৈ লাই নিংলম্মী। মথোইনা খল্লি—রণজিৎনা শোইদনা মথোইগী মনা লৈগী চংখয়গনি। মহু থোক্লবদি মহাক কাইনবগী মৈচাক খাংবা রাগনি, অদুনা মহাক্না পলেম-পম্বৌ থিবা ফংজিনৈগী মমাংদা লাই-খুয়া তানবা ফংজবা—অসিত্তা দিবামিশিদা খন্নুনা লৈরম্মী।

মথোই ময়াম্মক অসিগী চংজকমদি অমত্তনি। অমত্তা অদুনা কনাগী মাইকৈদা লেপ্লগনি হাইবা মথোই কনা-মত্তনা খংবা ওমদি লাইয়ত্থনা মং-ফাওবা মংলমজে।

ওসি ফংগদরা মফংদা হয়েং ফংগদরা মফংদা রণজিৎ অহু মপুক্লিংদি হনবা তৌরমদে। নোংম-নোংমগী থিবগী খবক অহু কনশিল্লক্লম্মী। অফিসতগী ছুটি থা অমগী লৌরকলে।

মানা ওমজবা লৌশিংস্থু পুথোকচরে, অহুগা চায়বা মরূপ-মপাংশিংগী লৌথা য়াবা মত্তেং লৌরত্থনা মমা-মপাগী মথোং-মরী থিবা হৌরকলে।

অস্থুয়া য়ায়া কন্না থিরবা ফাওবদা লংলা-লংজিল অমত্তা ফংখিত্রত্থনা লৈবদগী সুংখিল অমদি চাক-চাবা তোকপদগী রায়ত্থনা পোশাকশিং হাইত্থনা কমুংদা চংখিরম্মী।

ইমা

অহুম হিপ্পদগী থোক্ হুমথোকখিরম্মী। পুং অমরোম হুম্রবগী মহুংদা মমং অমা মংলম্মী। মং অহুদা কনানো মুপী-ওই করি-ওই তৌবা অমনা মঙোম্মা হাইরম্মী—

রণজিৎ, বিচার-বুদ্ধিনা লাইগী থৌরম-থুজিল থংবা ওস্বা নত্তে। অহুম ওইনমক ঈশ্বরনা লংজিল অমদি শোইদনা পিবিরগনি।

রণজিৎনা শোইরোইদরা হায়না হংজগে তৌবদা মী অহু থাই মাংথোকখরে। রণজিৎমু মীকপ থংথোক থোক্লম্মী

অহুদগী হৌপংলগা রাধাদা হোংচম্লুনা অফিং- অফাই হাইরম্মী—

ইমা, ইমা, মংদা হাইরম্মী লাইনা লংজিল পিগনি হাইনা।

মচানা নোক্ল নোক্লা পাও তম্বহুদা মচাগী মথরাই হুংঙাইবহু কাইহুল্লিংদবা মরম্মা মচিনবান্দা মোমোন তৌনা তৌনা মচাগী পাও তম্বহু তারম্মী।

অহুম্মা মমা-মচা অনিহু নোকমিন্নরিঙৈদা হাওতোম্বী লাক্লুনা হেক থুংলৈ। হেনৌ অমুনবা অমা পিরহুনা হাইরকই—

হোঃ অহুনিদনা। ঐমা লাকপা মতমদা নখোইনা নোক্কুনা লৈরম্লবদি য়াম্না হুংঙাই। নমা-নচা করি ঙাংলরম্মী ?

রাধানা মোড়া অমা থারগা হাওতোম্বীদা কন্নু হাইরম্মী। অহুদগী অমম্না হংলকই—

কদাই চৎলুই ইচে নংদি ?

ঙসিদি নখোইবু উননিংবনা অসিদা লাকপনি ? থবক করিস্নু লৈতে। চুম্না নখোইবু উনিংবগীনি।

রাধানা অহুদগী মচানা মমংগী বা তল্লবহু হাওতোম্বীদা তম্লম্মী। অতৈ থোইদোকপা বা নত্তে মংগী বা ঙাংনরম্বনি হাইনা হাইরম্মী।

মমাগী বা লোইরগা রণজিৎনা হাওতোম্বীদা হাইরম্মী—

ইমা হাওতোম্বী, ঙসিদি লীলা য়েংবমুসিদনা। কয়ি থবক লৈ ? হোয়েন অহিংদি ঐখোইদা লেকশ্নো, নয়ুমদা চৎপা কীরবস্নু।

রণজিৎনা লীলাগী বা হাইবা তাবদা মপি অহু ইমুংদগী থোরক্কুনা হাইরম্মী—

ইমা

অবোক তোম্বী, ঐখোইগী অবোকনু ঐনু চৎকনি, নংনু ঙসিদি চৎলুসি।

রাধাদো চৎচনিংদবনি। মচানা চৎলুসি হাইনা হাই-বগীদমক চৎকে তৌরম্বনি। করিনা মহাক্কী মশাদা কুম্মৈ য়েংবদি লাইরবনা চাবা থকপা ফাওবা চংঙবনি। অদুবু মচানা মথবাই মুংঙাইথিজবদি হাইবগীনে অদুগা মচাক্কী অরাবদু মচাদা থোইনা খংহল্লিংদবগীনে চৎসি হাইবদা য়ারম্বনি। মমৌনা হাওতোম্বীদা রা হাইবা হেক লোম্বগা অমুম্মা রাধানা হাইরকই—

নখোইনদি চৎসি হাইরি। অদুবু করি লীলানো হৌগদৌরিবনু?

রণজিৎনা অদুদগী খুম্লকই—

গৌরলীলানি।

করি মতাংনো শাম্নদৌরিবদি?

রণজিৎনা মহাপ্রভুমা সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎপগী মতাংদু ওইরমাগে হাইনা খুম্লম্মী।

অদুদগী রাধানা হাওতোম্বীয়োমদা ওমশন্দুনা হাইরম্মী—

ইচে, চৎলুসি, নং ঙসিদি ঐখোইদা লৈথরো।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূগী বারিনী ; নংদি বারি থংলিরোই, অহূনা থংহো। য়াম্না ন্নুংশিবা বারিনী।

রাধাগী বাসি তাবগা হাওতোম্বীনা নোকনিংলম্মী। অহূবু মপান থোক্লা মপূক্তিংগী বাখল অহূ ফুগাইরমদে। অহূম ভুমিম্না নৈরগ মখোই ময়াম্না হাইবহূদা কৈ হায়না হাইরম্মী।

অহূদগী হংলম্মী—

লীলাদি কদাইরাইদা শাম্নদৌরিব ?

মণিনা থুম্নকই—

ঐখোইগী নৈকাই মচাশিংনা শারগদৌরিবনিদা, অফ ঙফবা মীম্ন নেকলুহূনা য়াওরি হাইয়ে।

রণজিৎনা অহূদগী অমুকন্ন নোংশরম্মী—

ইমা তোম্বী ঐবুন্ন য়াও হাইরম্মী। অহূনা ঐনা থবক চিনমনথ্রহূনা তোকহৌরবনি।

অহূম্না ভাংনরগা রণজিৎনা টিকেট লৌনবা থোরাং তৌখরে, অহূগা মখোই অতৈনা থবক অমা-অমা তৌবা চংহূনা লীলা য়েংবা নংনবা হোৎনরম্মী।

———— · ————

# ভস্নামাখোৎ

হুমিদাংহাইরম যৌরবদা চাক-ইঁশিং লোইরহনা রণজিৎ-খোই মমা-মচা মখোই মরি লীলা শেংবা চৎলম্মী। হাওতোম্বীহু বাধাগী মকি-ময়োল লৌয়গা নিংথিনা শেংহল্লম্মী।

মখোইনা থুংলগা থ্বাটগী মমাংদা মখোইগীদমক কাইথোক্লুনা থম্বা মফমদা মখোই মরি ফমলুম্মে। কনামত্তনা হাওতোম্বীবু হাওনি হাইনা খংলমদে। মহাক চন্দন থিন্দে হাইবহু মঙাই। তৌইগুবসুং হৌজিক কালদা চন্দন থিনবদি অহুক য়াম্না খৌশানজবনিনা মাবু হাওনি হাইনা অমুক হেন্না থল্লমদ্রে।

লৈকাই মচা ময়াম শান্নবা লীলা ওইরবস্ত্র মীরৈকাই মচা য়াম্না লাক্লুনা য়েংলবনা শং অহু বিক পাম্মী। হাও পাওল মৈতৈ গুনা য়েংলম্মী। ভাবোক ময়ামহুগা হাইরবদি লীলাহু হুংঙাইফম থোকই হাইবা যাই। অহুগা হুংস্ন হুংঙাইরম্মী।

নিমাই-সন্ন্যাস লীলা হৌগৎলকপদা নিমাইনা অঙাং ওইরিবৈগী লীলা মতেক অনা উৎলম্মী।

মচা নিমাইবু লুনা তৌবা মতাং অদুদা মখোইনিনা ঙাংনবা রাচু তারগা রাধাগী থম্মোইদা রণজিৎনা অঙাং ওইরিঙৈদা তৌখিবা থবকশিং অদু নিংশিংলম্মী। মরম অদুনা মিংত মপী মতুম-মতুম তান তানা লীলাগী নিমাইদা অমুক রণজিৎকী মাইকৈদা অমুক তোইনা তোইনা য়েংলম্মী। য়েংবদা নিংথিজৈ নিমাই শারিবা অঙাংচুস্ন। তনৌ তনৌবা শক অদুনা মমা ওইবী থিবিকী থম্মোইদা সুংঙাইবগী ইথক অমা ইংহৌহল্লম্মী। পাংথং অচৌবা কারবা মচানিপা রণজিৎপু রাধাগী মমিংতা লীলাগী নিমাই শারিবা অঙাং মচা অদুগুম্না উরম্মী।

সুংঙাইবগী মতুংদা অবাবা, অবাবগী মতুংদা সুংঙাইবা লাকপগুম রাধাগী নহালমথৈ রারবা থরাই অদু শচী শাবী অদুগা নিমাই শাবা অদুনা হৈন্নবনা সুংঙাইরম্মী। মহাক লীলাগী শচীনা নোকপগা লোইনননা নোক্লম্মী অদুগা মচা রণজিৎপুস্নু নিমাই শারিবা অঙাং অদুনা নোকপগুম্না নোকইনি হাইনা থল্লম্মী। ওহোকপনি মীওইবগী রাথল।

মতাং অসি লোইবগা রাধানা হাওতোম্বীদা য়েংলম্মী। হাওতোম্বাদো মপী শিংথদুনা লৈরম্মী। রাধানা থল্লবদি

মহাক্কুম্না হাওতোম্বীসু মথন্নাই চুংঙাইনা নোক্লমগ'ন অসিনি। মীওইরগী মহৌশানি—মানা চুংঙাইরগা তাইবংপান পুম্বা কনাগী অচৎ-চক্না অমতা থাজরমথৈ মহাক্কী চুংঙাইবহুদা য়াওগনি, অদুগা মহাক্না বারগনা লোইনমক য়ারিনি অ'সনি। অদুদা চুংঙাইদুনা নোক্লমগত্রা থল্লুরগা কল্লুনা লৈরম্বদুদা রাধানা অম্মুম্না হাইরকই—

"করিনো ইচে, অদুক য়াম্না চুংঙাইশ্রবা মতাং অসি উরগা নংনা কপ্‌লিবদি?

হাওতোম্বীনা ফীজনা মপী উত্তথোক্লগা হাইরকই—

ইবেম্মা, ইচাহু 'লৈরম্বদি শচীগা নিমাইগা' তোম্নিবা মতাং অসি য়াম্না চুংঙাইনা পেম্না নংগুম নোক্কুনা য়েংজগদবনি। অদুবু নং-ঐ লাহৎক তিম্নদেদো, অদুনা লীলা ময়েংসু মাম্নদবান।

রাধানা অদুম য়েংদুনা লৈরম্মী। হাওতোম্বীগী মিত্তগী থোরকপা পী অদু মনিল ওইদুনা সমুদ্রগী ইশিং মনিম্না নোং ওইদুনা নোংদোন অতিগ্রা কুপথিবগুম রাধাগী মিৎলু নোংদোন অদুসু কুপ্লম্মী। অদুবু রাধাগী আস,দ শরৎ ঋতুদা পাইবা লশিংনমকোন মাননবা নোংগুম্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা অসুম অসুম শান্নরকপনা লীলাহ্ নিমাইনা লম্বোইরগা মমুম থাদোকপা অদুগা শচীনা মচা মাংখ্রে হায়দুনা নিমাই-নিমাই হাইনা কৌদুনা ভেংথারকপা মতাং য়ৌরকলে।

রারিদনা অরাবগী রারি ওইবদা নত্তনা শচী শারিবী অদুনগা কয়া হৈখরে। অমেংবা মীগী মমিত্তা শচী শারিবনি হাইনা থোকলমদে, নবদ্বীপতা মমুম্মক্তদা শচীনা কপ-লাউবা অদুমক ওইরবোই থম্নহল্লম্মী।

মরম অসিনা ভাবোক থুদিংমক্তা মাগী অরাবদুদা অদুম লুপ্লম্মী। থোইদোক হেন্দোক্তা থম্মোই অমেংবদনা মরল ওইজরিবী মুপীশিংগীদি করি অমুক হাইরুগনি ?

রাধাদুম মিত্তগী পী মতুম-মতুম নোংজুথাগী মতৌগুম অতৎপা লৈত্তনা ইহৌ-কন্না শিম্বরম্মী। মানা থম্লম্মী— জগৎকী অবতার অমা ওইরবা নিমাইমক্তী অপোকপী মমা শচীনা অসিগুম্না লাইবক থিবদি মীওইবা করিমু লৈত্রবা রাধাগীমু থাকলোই হাইনিংঙাই লৈতে।

রাখলসি থন্দবা মুকঙম ঙম্মমদে। নিমাই শাবদু

চাওরবা পাখং অমনি—রণজিৎকুম্না চাওরমলে। মখোই অনিদুগী অবয়ব মূর্তিদা খেন্নবা লৈতে হাইবা য়ারম্মী।

অদুনা রাধানা লীলাদমুক মচানিপা রণজিৎতমুক য়েংহনা মকোকতা কোকচাওবী ফূং-ফূং কারম্মী অদুগা মিৎলু অনিদগী মপান নাইদ্রবা পীগী ইচেন অমা শিন্দুরম্মী। রাধাগী জ্ঞান মাংবা হৌরকলে, শচী দেবীনা লৈমাইথক্তা "হা-নিমাই, হা-নিমাই, ইমাগী নিমাই," হাইনা থরো-থরো ওল্লম্মী, রাধানা মকোক থক্ থক্ নিকপমথৈ য়েং-ওই হাই-হুন্নম্মী।

কনাগুম্বা ভাবোকশিংনা কপ্-খোৎপা তৌরগা লোম্না-লোম্না পী তৈথোক্লুনা মীবু খংহল্লোইদৌবগী তৌনবা য়াওই। রাধাদি মীনা উখি-লাকখিনি হাইবগী রাখল মচেৎ অমা ফাওবা লৈরমদ্রে। অদুম ইফোং-ফোংনা শচীগী অরাবদা বাবা য়াওবদু মসুং-মপান চপ-মান্নবা উৎলম্মী।

মমানা তৌরিবা মতৌদু রণজিৎনসু উরমলে। মমো মগন্সু অদুগা হাওতোংলীসু রাধানা তৌরিবা মতৌদু উরম্মী। করিগুম্বা না-য়েকপা মতমদা তৌবা খোদো ওহর-বদি মখোই ময়াম্মক করিনো করিনো হাইনা হাইনগদবনি।

অঙ্গবু লীলাগী রসতা লুপ্তুনা তৌরিবমাক্লে হাইত্তুনা কনা-মতনা য়েংবদগী হেম্না রাধাদা রা-লাং অমতা হংলমদে।

মণিনা হাওতোম্বীদহুম হংলম্মী—

অবোক তোম্বী নংদি কদোরে কপত্ত্রবদি? ঙসাই মুংঙাইবা মতমদদি কপত্তুনা লৈবদাই?

মোমোন নোক্তুনা হাওতোম্বীনা মণিদা য়েংলম্মী, ঙাইহাক লৈরগা রা হাইরকই-

ঐনা কপ্পববু হাইরিবরা ইবেম্মা?

মানিনে অবোক, মী খ্বাইনা কপ্পবা মতাং অসিদা—হাইবনি?

ইবেম্মা ইনেম্মদগী লাইবক নত্তে, ঈশ্বরগী মমা শচী-দেবী ফাওবা মচা থাইনবগী অরাবা ফংই—অসি খল্লুবদা ইনেমগী পুক্নিং অসি তপথবা য়াইনে, মুংঙাইবা পোকইনে। অত্তুননি ইনেম্মা কপ্পবদি।

মণিনা নোকফেৎ তৌরগা মনেম অনিত্তুগী ফীভম খল্লুত্তুনা অম্মুম্না অমুক হাওতো ম্বীদা হাইরকই—

অবোক, মীওইবা হাইবসি পোৎশক অমতবু মিৎয়েং

চপ-মাম্নবা য়েংবা ওমদে। মাগী মাগী য়াথল মতুং ইমা চৎপা য়া ওইয়ে।

লীলাগী ইচেনম্ন অহুম চেন্নম্মী। অম্নম অম্নম শাম্নয়কপনা লীলাহ মতাং কদাই য়োশন্নক্লবগে হাইবর্ নিমাইনা লম্বোইয়গা মমা শচীদেবী খুরম্বা মতাং অহু য়োৗয়কলে।

মফম-ময়াং খংদবমথৈ মচা কাইনবগী মৈনা কম্না চাক্লুনা লৈরবা থম্মোই পুহুনা লৈরম্বী শচীনা মচা নিমাই অমুক হুম্না উবা ফংলে হাইহুনা মৈচাক পুম্নমক মুৎথিহুনা মুংঙাইরম্বা অহুন নোক্ল-নোক্লহুনা মচা নিমাইবু কোল্লহনা তৌবহু অহু উবদ রাধাগী থম্মোই মম্নুং ভাম্না শচীদেবীগী মুংঙাইবহু কাওরম্মী মহুগী খুদমদি রাধাগী মচিনবান্দা য়াম্না তাংনা ফংলবা মনোক-মোমোন অমতং উবা ফংলম্মী। রাধানা খঞ্জরম্মী— রণজিৎপু মাগী মখুত্তগী মুনশ্রবম্ন অমুক হুল্লক্লুনা 'ইমা, ঐ লাক্লে' হাইয়গনিকো হাইনা।

ওম্মোকপনি।

নোংপোক্তা মুমিং থোক্লগা নোংচুপ্তা অহুগা নোংচুপ্তা থোক্লগা নোংপোক্তা উবা ফংদবগুম রাধাগী মচিনবান্দা

গুম্বিং থোকপগুম্না মোমোন-মোকপা মনোক অমনা ভাম্নগা হাওজোম্বীগী মাইথোংদা নোংনা কুপ্নগুম পীনা থম্নবা মিংলু অনিচুগী মতোং খুক-খুক কংলবা চিনবাম্না পাংলম্মী।

হে অমম্-অঙাল। অনিনা অমতা ওইবা, ফজৈদা নখোইনিগী লীলা। নখোইনিগী মশক তাকপদা খোর্জে পাইবা ওম্বা কবি অচুগা তুরি হাইবা ওম্বা লাইয়েকপচু মপোক মহৈ য়ানজরবনি।

মণিনা মচু পুম্নমক উরম্মী মপুক্লিংদা লোইনমক হানজম্মী, লৌশিং মৈ ইক্লম্মী।

রণজিৎমু উরম্মী। মানা নিংবা থুংলম্মী। মমা রাধানা মাগা কাইনগনি হাইচুনা দিবানিশিদা থম্মুনা লৈরিবচু ভগবান-না তমখ্রবদা মীনা থিংবা ওম্বা নত্তে—অচুনদি বারুচুনা কাম্নদে হাইবা রাখল অসি মমা রাধাগী পুক্লিংদা শোইদনা থম্নরিনি হাইনা নিংলম্মী।

কম্না-নোকপা, নোকপা-কম্না,রাধা —হাওজোম্বী, হাওজোম্বী —রাধা। ফজনা শিম্নম্মীদা মীওইবগী পুন্সি।

অসুম হাইনা থম্নচুনা রণজিৎনা লীলা লোইরবদা মখোই ময়ামগা লোইনচুনা ময়ুম হম্নক্লম্মী।

ইমা

মুম য়োরগা রাধাগা হাওভোম্বীগা মাঙোন্দা খোং-খুং হায়-হায় বারি শারম্মী। হাওতোম্বীনা হাইরকই—

ইবেম্মা, নং ঐনা বারুক্ছনা কায়দে, লাইনা তম্বনি।

রাধানা খুমকই—

ইচে, চুম্মীদা। শচীনা মচা নিমাইবু কয়া লুনা ভোজখ্রবা। অমুবু তমথিরবা মতম্মা পং থক্ত্রনা নিমাইবু পুক্ষনা চংখি। ঐখোইস্মু অচু মঙাই। ইচে নংনা হাই-গুম্না বারুক্ছনা কায়দে!

মখোই অনি অম্মুম্না হাইনরগা মাপী মাপী মফমদা তুম্বা চংনখরে।

---

ভরামিথোক্ত

থুমিং মরি মঙালি চংখরে।

অতুপী ফুংদা নোংমা কৃষ্ণচন্দ্রনা মমাকনিপা রণজিৎপু মা থারক্তুণা কোরম্মা। রণজিৎমু মকুবোকী মনাক তাম্মা

চৎতুনা থুংলুই। মহাক্না ফমথুনা ডাইহাক লৈরবা তুংদা কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই—

ইবুংঙো, ইকু থরাই য়াম্না মুংঙাইরে, নংনা অহল-লমলগী মথোং-মরি থিগ্নি হাইবসি ওন্থোক্না মুংঙাইথরে! অহবু পারা কদাই য়ৌরে?

করি থুম্মি হাইবা মফম থংলমদে কন্নিমত্তা মফম থংদে হাইরবস্থ নাহনা লৈরিবা মকুবোকতুগী থরাই মুংঙাইরোইদৌরি। মানদি কোইথি থিবদি তোজরবস্থ লংলা-লংজিল অমফাও ফংবা লৈত্রি। অওইবা ভাংলুরবস্থ মকুবোকী অনাবা হেনজনগদৌরি। মীনম্বা ওইরবস্থ মকু-বোকী মুংঙাইনবা হাইহনা অম্মুম্না শেম-শাহনা থুম্মী—

পারা তংথাই অমা য়ৌশিনক্রে। থর লৈয়গদি ফংগন্না হাইনা নিংজৈ।

মাগী পাওখুম অমি তাবদা য়াম্না মুংঙাইরম্মী, মাগী আশা থুংজগনি হাইনা নিংথৎলম্মী। অহনা অম্মুম্না হাইরম্মী—

কম্না থিজিল্লু।

অমি হাইরগা মাগী মুপী পদ্মানা খনশলহনা হাইরকই—

ইমা

নকুনা হাইরিবসি চুপ্পি ইবুংঙো। অহুক য়াম্না চাওবা অঙম্বা অমা ওইনা লৈরগা মীনা পীতং-পাতংপা মচানি হাইদুনা খিনা ভাংনবদু ইনেমখোইদি তাম্বা ঙমদে।

মখোই অনিগী চাওখোক্তচনিংবা পুকচেল অদু উবদা য়ণজিংনা করিস্তু খল্লমদে। পীতং-পাতংপা মচা অমনা নিংথৌ ফাওবা ওইবা য়াই হাইবদি য়ণজিংনা খংদবা নত্তে। অদুম ওইনমক মখোইগী মতৌদুদা মানা হরাওবস্তু তৌরমদে, শাওবস্তু তৌরমদে

খোইনা মখোইগী য়াতা অদুনা খৌগংপস্তু ফংলমদে। করিনা হৌজিক ফাওবা লংলা-লংজিন অমা ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি। খৌগংপদনা কায়বা নত্তে। লংলা-লংজিন পিবা ঙম্বা অদুতনা মাবু খৌগংপা য়াগদবনি। অদুমকপু মনেম-মকুগী থবাই য়াহল্লুদুনা কায়দে খল্লুনা অস্তুম্বা হাইরমী—

য়াম্না নুংঙাইজয়ে ইকুবো কখোইগী য়া তাবদা। মক্তম-মরাং খংদবা মচা অমনি হাইদুনা কনামতনা ঐবু ব্যবহার তৌবিরোইদৌবনি। অদুমরা ঐনা কম্না থিবা ফারুজারিবনি।

কুক্চঅদু মর্মকিনিপাগী য়া তাবদা নুংঙাইহনবস্তু মশাদু

ওমদবা ময়ম্না হেঃ হোঃ হাইদুনা নাহেছনা ওাইহাক লৈরম্মী। পদ্মানা মপুন্নোইবগী মশা নাল-নান্দুনা নাহেন্নিবছু তা-য়েংলম্মী। রণজিৎমু নাহেন্নিবা মকুবোক্তা মুম্না য়েংছুনা শকফম হুনজন্না কম্লম্মী।

মতম তাঙ্গা অসিদা মণিনা হাধু-হাধু চংলকুনা চিঠি অমা রণজিৎতা পিরম্বে।

চিঠি অছু মণিদি পারম্ভনা মন্নোল থংলছুনা হাইরকই—বা পুম্বা হাওতোম্বীদা লৈরে। মা উনরগা থবক লোইনা খোকনি।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগনা 'হাঃ কন্নি হাইবা' হাইরগা হাইরকই—পাও, পাও চিঠিছু, অছুক তাসি।

রণজিৎনা চিঠি অছু ফাকৃতোক্তুনা তফিং-তফিং পারম্মী, মনেম-মকুম্ন তফিং-তফিং ভারম্মী। মণিনা মুংশা-মপী ফী-ফী কামছুনা লেপতুনা মথোইনা তৌন্নিবা মথৌছু য়েংলম্মী।

চিঠি মন্নোলদি :—

ইবুংঙো রণজিৎ,

নংনা রানা খিবদা কন্নিমত্তা কংজ্রবা মাদে। নংনা

পলেম-পম্ৰৌ অনিগী মখোং-মরি থিরি হাইনা তাবা ফুইরে। অদুবু নংগী বিচারপাতিগী বুদ্ধিনা খোকপা। শুমরা য়েংগে হাইনা মতম অমুক কুইরসি তাইরকপনি। নংনা থিত্রি-ৱৈনা নহাল-মা তাক্লগদবা'ন। মতুবু রাধানা অমদি মেঘচন্দ্রনা য়াগনি খনবদগী তাক্কবনি। মরোল পুম্নমক থংগে হাইরবাদি হাওতোম্বীবু চপচুনা হংউ। মহাক্না তাকউ য়াত্রবদি নংগী উপায় দৈত্রে।

নংবু মত্তেং পাংবা মী অমা।

চিঠি অসি হেক তাবদা কৃষ্ণচন্দ্র অদু আশাগী উকৈ-থক্তা তোংলম্মী। অদুনা তকিং-তকিং হাইরকই—

থিরে হৌজিকমক। চংলু, হাওতোম্বীদু থিউ। মহাক ফংলগা বা পুম্নমক থংলগনি।

হাওতোম্বীনা শোইদনা থংলমগনি হাইনা কৃষ্ণচন্দ্রনা লৌরিবা করিগীনো? কনাগুম্বা অমনা ঘর্ণজিংপু লংনগে হাইদুনা তৌরম্লবদি করম তৌগনি হাইবা মহাক খঙবা ঙম্মদে। চিঠি মরোল তাবদগী হেক্তা হাইরম্মী হাও-তোম্বী ফংলগা বা পুম্নমক থংগনি। মানা থংলমত্রবদি থংই হাইবু হাইদবা য়াদে হাইদুনা খাবাগী বাহংদৌনা

কুহুনা হংগদয়া ? হাওতোম্বীনা রণজিৎকী মপা-মমাগী বা থংগনি হাইবসিবু চিঠি অসি নত্তনা অতৈ করিমা লৈরি হাইনগা মশাক খঙ্গদবা করিগীনো ?

থংনিংবগী ময়াইনা থুংলবা উপায় অমবু খাইদগী অথোইবা শোইদবা উপায়নি হাইনা জৌবদগী কৃষ্ণচন্দ্রনা চিঠি অহুবু য়াম্না কন্না থাজরম্মী।

পম্মাস্থ চিঠিগী রাহু মপুয়োইবদোনা য়াম্না কন্না থাজ-রম্মী। অহুনা অম্নমা হাইরকই—

হাওতোম্বীগী মরুম খংদবা নথোইদি ?

রণজিৎনা খংই হাইরম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্র অহু মুংঙাইবনা লোইরমলে। মহাক্লা মায়ম্বদি মমাকনিপাগীদমকনি। অহুনা মানা নিংবা শোইদনা থুংলগনি হাইবদগী মুংঙাইখিবনা মশাহু শোল্লি হাইবা কাউথরে, অনাবা ফয়হুনা অবনবা অমণ্ডুম্না তৌরকলে। হাওতোম্বীবু থিরুনবা রণজিৎতবু থাগ্রগা পাও তাগে হাইনা ঙাইহুনা লৈবগা পাম্মমদরে। ঙাই-ঙমজহুনা কমুংদা হৌ-গত্তুনা কয়ণা হাইরকই—

চৎসি থিরম্নু। ঐস্থ য়াওনা নথোইদা য়ৌরসি।

ইমা

অসি হাইদুনা পম্মাদা কীরোল পুথোক্লরবা য়াথং থাবম্মী। পম্মাস্থ থাম্গে-লাক্কে নিংলমদরে। মানা হেন্না খৌরাংলমলে। মথোই অনিমক চত্নুনা মেঘচন্দ্রগা য়াথাগা হৌরগা চাওতোক্নীবু থিবা চংনিংলমলে। মরম অসিনা মপুরোইবনা হাইরকপগা ফুক হৌগত্নুনা কীরোল পুথোরক্লে, মহাকস্থ মকী-মরোল হোংলুরে।

অস্থম তৌদুনা মথোই মরি থুনা য়াংনা রণজিৎ-খোইগী যুম পাংলকলে।

---

## ভরাজুমদোই

মথোই ময়াম হাথু-হাথু লাক্লম্মী। য়াথল অমনা মথোই পুম্নমক যুনথিবনা লম্বেল তেন্না থোকথিরম্মী। পরপ্-পরপ্ লাক্লুনা রণজিৎখোইগী মাঙোল-চিদাই হেক য়োবদা রংথানা চক্লুনা বা চংলম্মী কীদা পাত্নুনা ভায়না সৌখল-লাকপনগে হাইরমদে। মহাক্না হংবদি অস্থমা হংলম্মী—

করিগীনো ময়াম হাথু-হাথু মুংশা স্বম হোন্দমথৈ তৌরিবসিবো ?

কনামত্তা বা ঙাংলমদে, রণজিৎতনা মমাদা ওনশল্লুনা হাইরকই—

মণিনা পুরকপা চিঠি অসিগী মরোল থংলবরা ইমাদি ?

থংলে।

অদুদি ইমা হাওতোম্বীবু কৌহুনা বা হংবা চুমজ্রা ?

লয়াই ওইনরা, বিচারপতি ওইনরা ?

লয়াই ওইনা কৌগদবনি ইমা।

রণজিৎকী পাওথুমদু মকুবোক কৃষ্ণচন্দ্রদি তাবদা পেল্লমদে. অহুনা অল্লুমা হাইরকই—

করিগী লয়াই ওইনা হংলুনি। দারোগা থাহুনা' লৈরম্বা মফমদগী ফাহুনা হৌজিকমক পুররুবা তৌগদবনি।

মাগী য়াক্লবা খোন্দা অসি কনাগুম্বা অমতগী খোইদোক-হন্দাক্লা রণজিৎ-মমাগী নাকোংদা নোংমৈ-শিংজংনা থাক্লক-পাগুম থোক্লম্মী। তমথিরবা রাহৈ ময়ামসি হেক তাবগা রাধানা থুক্লম্মী—

মহুল্লা তমথিনা তৌবা য়াব' হাওতোম্বী নত্তে মাদি।

লাইরবগী অবাবা থংবা, কপ্পা মতমদা কপমিন্নরিবী ইচেনি। হাও ওইনা পোক্লবস্থ ঐগীদি পোকমিন্নবী ইচেগুম, রণজিৎ-কীদি অয়োকপী মমাগুম্ লৈজরিরী মুপীনি। মচুরগা তৌ-য়াপোত্তে ইমাই-বুংতো। নকুবোক্লা য়াত্রগা মরম্লাই ওইনা থানাদা তাকচরুশন্থু। নংদি য়াদে।

পুকচেল চাওবী রাধাগী রা মুন্না তারম্মী কৃষ্ণচন্দ্রন্থু অচুগা নাপল তৌরম্বা ফনজরম্বা অচুনা ইকাইমনখিচুনা মরু লুকথচুনা ভাইহাক লৈরম্মী। কনামতা রা ভাংনরমদে, ভাইহাক অচু উন্-বাইমুক চিকলম্মী। অচুদগী ইকাইথাংদগী কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই—

করম তৌনা কৌগনি অচুদি ইবেম্মা রাধা? চেক্লাক-প্রবদি করম তৌ-নি?

রাধানা মোমোন নোক্লুনা খুম্নকই—

মহাক্লবু রাকম অসি থংলবদবু নহাক্লমখে করিগী তাকলোই? ঐখোইগী কাদবু মানা ফুমিন্না লৈবিগদরা, করিগীদমু চেলগনি?

রণজিৎনা অচুদগী খুম্নকই—

মহাক্নবু চেনখ্রবদি দায়োগা থাত্নুনা ফাবদা ঐখোইগী দোষ লৈত্রে। চেপ্স্রিবঙৈ অসিদবু হাইবনি!

রাধাহ্ন তুমিন্না অত্নুম লৈরম্মী, করিমতা খুন্নমদে। মতম অসিদা মেঘচন্দ্রহ্ন থোরক্লম্মী অত্নুগা মখোই ময়াম্না ঙাংনরমলিবা রাহ্ন লোইনা তারম্মী। ঙসাইমখৈ করিমতা ঙাংদনা লৈরম্বদগী মতাং অসি য়েৌরক্লবহ্নদা বা ঙাংবা হৌরকই অত্নুগা অম্ভুম্না হাইরকই—

করিদৌমা হাওতোম্বীগীদমক অত্নুক য়াম্না রানা থন্ন-রিবনো? মহাক হয়েং কোইরকনি হাইরম্মী। হয়েং ফাওবদি ঙাইখো। লাক্রুগা ইপা চত্নুনা কৌরগে। মহাক্কি লংথবান্দা লৈবনি. ইনক-নকপনি! করিম্নু রাবা নত্তে!

ইংনা তপ্না মেঘচন্দ্রনা হাইরকপা রাহ্ন রণজিৎতি য়ানিংলম্মী। করিনা—হাওতোম্বীদি নিত্তিমকী নত্রবম্নু তোইনা তোইনা লাকপনি। ঙসি নত্রে হয়েং হয়েং নত্রে হংচিং শোইদনা লাকপা য়ারিবনি। অসি পুন্নমক খংবনিনা রণজিৎনা মপাগী রাহ্ন লোইনা য়ানিংলম্মী। অত্নুনা মন্নু-বোকলোমদা য়েংলগা হাইরকই —

ইয়।

ফরে, মহুম স্তৌরবা হাইহনি ইকুবোকপু, পাজিনা হাইরিবা অসিনা খ্বাইদগী ফবমি হাইনা খল্লি।

য়াম্না থুনা হাওতোম্বীদা বা হংবহু কৃষ্ণচন্দ্রদি পামজবনি। মরমহনা ফমুংদগী হৌগঙ্লা মেঘচন্দ্রগী মুম তান্না বানা বানা লাকপান। মথোহ মপা-মচাগী থোদো অহু উরগদি মানা নিংলম্বহু কাইবা তারে। মশানা চাওথোকপম্ন হৈজবা শাওবম্ন হৈজবনিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা নাপল-না মাংওই-নরহুনা অস্নুম্না হাইরকই—

মেঘ, নংনা করি থংই, বিচারগী বা নংনা কারম্ন থংবা নত্তে। ঐনা হাইনিবসি তৌ। নচানা নংবু কৌবদগী নংগী বাহু য়াব্বিবনি। নত্রবদি ঐনা হাইরিবসি মহাক শোইদনা তৌগদবনি। নথোইনা থংবা নত্তে মেঘচন্দ্র।

বা ময়াম অসি তাবদা মেঘচন্দ্রদা নঙনা রণজিৎ ফাওবা শাওকম থোকই। অহুবু মেঘচন্দ্রদি করিমতা খুমলমদে মানা খুন্ত্রৈঙগী মমাংদা রণজিৎনা বাহু তাপ ওক্লুনা হাইরকই—

ইকুবোকঙা হাইজবিবসিনি। মচগী মমাংদা মপা'ম

ইকাইবা শীবদি মচাগী থম্মোইনা ঙাকপা ঙমদে। অহুবু ইবুঙোক ওইরম্বগী ছুমিন লৈরবনি।

মীগী মপাবু থীনা চৈরুবগীনমক খোন অশাবা তাবগী হৌনবা কৃষ্ণচন্দ্র অহু রাদি ঙাংদ্রগা মমাইদি ফুং-ফুং লাউনা ইচপ্‌মুক ঙাংলম্মী। মেঘচন্দ্রনা মচাগী কল্লপ থাবা রাহৈ-শিংহু তারগা থামজল্লহুনা হাইরকই—

ইবুংঙো. ছুমিম্না লৈয়ু, অহক য়াম্না হাব হৌনদে। অমম্নোমদা নংদি লাইরিক হৈবনি অহুগা অমুকম্ম বিচার-পতি অমনি। অহুম্নদি ওইরগা নং অসে লাইরবা মমা-মপানা পোকপা অহুগা লাইরবা মমা-মপানা য়োকপা মচানি। লাইরবগী মীওোন অমদা ওস্ কুস্ হাইদবা পুকচেল অহু মতম পুম্নমক্কা উৎসদবনি।

কৃষ্ণচন্দ অহু শাওবা তম্মরদে। মেঘচন্দ্রগী বা অসি মচেক্কা য়ৈরগা মম্নানা থাবা হাইবহু ওইরম্মী। অহুনা মাগী মুপী পদ্মাদা কৃষ্ণচন্দ্রনা অস্নুম্না হায়রকই—

পদ্মা. মখোইনা থোকপা তৌজহৌরশহু. ঐখোইদি চৎসি লাকলো। অসি হাইহুনা মখোই অনি চৎকে হাইহুনা মমাই ওম্মোরকপদা শম্ অমা মনমদা পোরহুনা হাওভোখীহ

লাক্লম্মী। ঈশৈ অম্মা শক্লা শক্লা চংলক্লম্মী। মাগী চিনবান অনিহু মোমোন মোমোন ভৌরম্মী। মথরাই য়াম্মা মুংঙাইরম্বা মতৌ ওইনা ভৌরম্মী। মা চংলকপা উবগা মেঘচন্দ্রনা হাইরকই

আঃ, লাক্কুম লাক্লে।

অদুদগী কৃষ্ণচন্দ্র মতৈ মনাও অমুক হন্নম্নুনা ভাইহনা লৈরে। মখোইমক্তি অদুম চংলগে ভৌরম্মী। অদুদা মেঘ-চন্দ্রনা খাম্লম্মী।

হাওভোম্বীনা শক্লকপা ইশৈহু মৈতৈরোল্দনি। অদুনা মখোই লোইনমক অর্থ লৌবা ঙম্লম্মী। ইশৈদি অসিনি:—

খুংশেম্মা অমনি লাইশেম্মা অমনি

কম্মিসু মাম্নবা নত্তে।

থোইনদি খেন্নদে লোইনদি মান্নদে

মান্নবসু ঙম্বা নত্তে।

রানা কংনি খনবা কংলোইদরা নিংবা

ইলাইবু লাইনা কংবনি।

তাল্লগদা কংবরা তাম্রবদি কংদরা

ভমগ্রবদি হেক কংবনি।

ময়াম অহুনা মাবু ভাইহনা লৈরম্মী, ইশৈহু তারম্মী। মখোই ময়ামহুগী মিৎ ময়ামহু হাওতোম্বীবু চাখোকদবমখৈ য়েংহনা লৈরম্মী। মাগী ইশৈহু তাহনম্ব ইশৈদা কনাম্বু অমত্তা পুক্লিং চংলম্বা নত্তে। অহুবু মানা য়োৗরকপগা রাধারোমদা ওনশন্দুনা হাইরম্মী—

ইশৈ সুংভাইবরা ?

কনাম্বু করিম্বু খুমদে। মহাকন্থু অহুম জুরিদা চপ লেপহুনা লৈরম্মী। মাগী পাওখুম পিগনি হাইবগী করিমত্তা খোশাবা লৈত্তবমখৈ ৰণজিংনা খুদক অহুমক্তদা মখুৎ লোম্নরহুনা খুর-খুত্রুপ শানা কুম্লগা খুরম্মী। মহাক্কী মমিত্তা হাওতোম্বীবু মালেমগী মীনি হাইনা খল্লমদে, লাইরৈপাক্কী কুমথরকপা দেবী অমা ওইনা মমিত্তা উরম্মী, অহুনা খংহৌদনা মহাক্কী খম্মোই-মুংদগী অরৈবা ভক্তিগী ইফুৎ-মখৈ লোইনা ফুদোক্লম্মী। য়াম্না ভক্তি লৈনা হাওতোম্বীদা হাইজরকই –

ইমা শক্লবী। পিক্লিভৈদগী লোইনরকলবনি। হাইবিউ, ঐগী ইমা ইপা কদাইদা লৈবগে ?

খংহৌদে, মাগী রাহং মাগী মতৌ অসি উবদা

ইমা।

হাওতোম্বীগী মমিত্তা নোংজুথাদা লাইজ পানা ইহৌরকপা গদা তুম্লেলগুম পীগী ইরা শিন্থরম্মী। অহুগা অম্ময়া হংলকই —

সুংশিদা ইচাদি। কনানা হাই ঐনা অহু হাইবা ওমগনি হাইবদি ?

বাহং অসি তাবদা কৃষ্ণচন্দ্রহ চিংনরকলে— হাওতোম্বীনা মচিন লোংখিবা তারে হাইনা! মরম অসিনা খুনমক হাইরকই

হাওম্বীসিগা, হাইয়ু হাইরগা হেক্ক মহাইয়ু। মানমুক মা হং-লাক্কুনা তৌরিবাসবো। মীনা ভক্তি তৌনা ইরেঙনা হাইরিবৈদা য়াম্রবদি য়োহিল্লং চন্দুনা জেলদা লৈবা পাম্বরা ?

মাগী অয়াকপা খোল আসনা তাশোল ওইরম্বদি হাওতোম্বীদদা নঙে য়াধাদম্মনি। য়াধানা তাবগা হেক খুমগে তৌরকই। মহুদা হাওতোম্বীনা খুং হত্তুনা থাম্লম্মী অহুগা অম্ময়া কৃষ্ণচন্দ্ররোমদা হাইরম্মী—

হে অভম্বা, অয়াকপা খোল অহু পোকপদগী য়াও-রকপরা, অভম্বা ওইবৈদগীরা ? নংদি হৌজিক্তি বিচারপতি ওইবা তোকলে, করি নত্তিক লৈত্তুনা ঐভোন্দগী বা নমহুনা

লৌথোকনি ? চাওথোকচগনু চাং তাজগনি। নবুংঙো অসিনা ঐঙোন্দা চংজন্নিবসি উরবরা ? নং ঐগীতগী নত্তে, লৈবাক পুম্নমক্কী মবুংঙোনি। অদুমকপু কন্নিনু লৈরবী হাওরবী ঐঙোন্দা নো-লুকনা বা ঙাংলিবসি উরবরা ?

কৃষ্ণচন্দ্রগী চোন্নগী মশিং নাইন্নমদরে। মহাক্কী মথাথোংবনি খনবা মী মন্নামশিংগী মমাংদা অমুকন্থু হাও-তোম্বীনা ইলাই-লাইনা পাইথোকখরে। অসিদা পু-থাংবা ভমত্রদুনা চপ-মান্নবা ওনশন্দুনা খংনগে নিংলম্মী অদুগা রা হাইগদবগী মচিন কাংবা হৌরম্মী। অদুবু হেক হৌরকপদা মেঘচন্দ্রনা থামজন্নম্মী অদুগা হাইরম্মী—

খরা তপথবিন্নু, মুপীমচা অমগা চিন্দা-পৌদানদুনা খংনৈ হাইবসি অদুক য়ান্না লেম্বা নত্তে।

মাগী রাসি ভাবদা হম্বরম্মী। অদুদগী রণজিৎনা তোম্বীদা চিঠিগী মরোল হাইরম্মী, অদুদগী খংবনি হাইরম্মী।

রণজিৎকী মরোল তারবা তুংদা হাওতোম্বীনা মাগী মকোকতা নান্ন-নান্নদুনা হাইরকই—

ইবুংঙো, নংগী মরিদা লাকপা চিঠি পুন্নমক ঐনা ইবনি।

ইমাশকপী, নহালমথৈ হাইদবদি করিব্রীবো ?

ইবুংঙো, নমা মাথানা মথন্নাই মাগনি হাইজুনা মা অমতা ভাকথোক্তবনি। ভৌদবা মাদবা কালদদা ভাকপনি। হৌজিকস্থ ভাকলিবসি নহাক্না চাদ-থক্তনা অহল-লমন থিবা উবজুদা ঐনা মুংঙাইত্রজুনা চিঠি অজু পীখিবনি।

ঐবু পোকপা পম্বৌদি কদাইদা লৈ ইমাশকপী ?

লাইরৈপাক্তা লৈথরে ইবুংঙো।

পাওথুম অসি তাবদা মণজিংকী মশা পুন্নমক মুহা-মাবদা পৃথী পুন্না নিকপদোনা থক্-থক্ নিক্লম্মী। মথা হৃংনিংলমদরে। মনাস্থ লাইরৈপাক তান্না চৎকন্নবদি! মহুগী মাহ মনাকোংদা চঃহনবগী থৌনা মচেৎ অমা ফাওবা লৈরমোই হাইনা থল্লকই। মপী কম্না তারম্মী। পলেম-মমাগী মাবু হংশিরা হংমুশিরা হাইনা খনবনা মুং অনিগী মরক্তা হা ওনবওল্লম্মী। অজুবু থৌনা লৈজবা পুন্নমক খোমজল্লগা হংগে হাইনা মপী তৈথোকপা হৌরকলে। অজুদগী মখোন তনিক-তনিক্না হংলকই —

পলেম ইমাদি লৈরিবন্না ?

লৈরি।

নৈমি। নৈমি হাইবা ঐবু পোকপী পদেমবু।
নৈমি ইবুংঙো নৈমি। অম্বু………
করিনৌরবা?

মহাক পাক থোক্লকলোই, মতম চানা লাকনি।

করিগী পদেমনা লোংখ্রিবনো, ইমাশকপী?

মোককেং তৌনা হাওত্তোম্বীদু নোক্লম্মী। অদুগা হাইরকই—

ইবুংঙো, বামী য়াম্না শাংই। ঐ দিগে তাও!
চাইবিয়ু ইমা!

মখোই অনিনা ওয়ারেবসি তাবদা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা অনিদু মখোইগা লোইননা মী মতুম-মতুম শিন্থরম্মী। অদুগা মখোই লোইনমক নুংঙাইবা ইহুন অমনা থং-থং য়ৈরম্মী।

নহালমথৈ রণজিৎকী মপা-মমা থাঙ্গেশেংবা লাকুনা রণজিৎপু পুগে হাইয়রবদি হাইনা রাধাখোইনা বারঘদু ওসিদি ইথং থংহৌদনা মতুগী বাথলত্ত কোকথিরম্মী। রাধামা থল্লবদি রণজিৎকী মমা অপোকপীদু লাকুনা মমা-মচা উমবগী

ইমা

মুংঙাইবহু ফংবা পাম্লম্মী। মামহুম থুমা থংনিংলকলে। অহুনা মীহুন তিং-তিং চোংহুনা ঙাইহুনা লৈরম্মী।

হাওতোম্বীনা রণজিৎতা য়েংল-য়েংলহুনা রারী লিথবা হৌরকলে। অসুম্না হাইরকই—

ইবুংঙো, নংবু পোকপা পম্বৌদি নমাংদা লেপলিবা— নংগীদি নকুবোক- -কৃষ্ণচন্দ্র হাইবসিগী মনাওনিপা গৌরহরিনা হাৎতুনা শিথিবনি হাইনে নমানা।

কৃষ্ণচন্দ্র অদু লৈবা য়্যারক্তে, মমাই ইচপমুক ঙাংলক্রে। মতম কুইনা কাওথ্রবা বাবু ইনৌ-নৌনা হোদোক্লকপা অসিদা হাওতোম্বীদা শংত্রিক শংনা য়েংলম্মী! মহাক্না খল্লম্মী, করম্না হাওম্লবী অাশনা মহাকপু মীমাং ফমহল্লিবনো হাইনা। শাওনিংবনে ইকাইবনে অনি য়্যাম্লহুনা খংলাও লাওরকই—

করি পাপী হাওম্লুবীসিগা।

রণজিৎনা ইতপ্-তপ্না হাইরকই—

ইকুবোকপু বা লোইমা অমুক্তা তাজথিগে।

অহুদগী হাওতোম্বীদা ওনশন্দুনা হাইরকই —

মথা করম তৌরবা ইমা শকপী?

ইবুংঙো, নংগী পলেমগী মফমদা মত্তবা লম্বী চৎপা য়ানবা হাইদুনা গৌরহরিগা নকুবোকা অমিনা নমাবু কীহন্দুনা মখোইগী য়ুম অমদা থম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগা অনিমক হাওতোম্বীবু মশক থংলকলে। অদুনা মখোই অমত্তা মচিন কাংবা ঙম্নমদরে, তুমিন্না করি থোক্লগদবা হাইদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। হাওতোম্বীনা হাইথরকই –

অদুদগী ইবুংঙো নপাবু লাইয়ৈ চত্তুনা শিবনি হাইনা লৈকাইদা শন্দোকলে। লৈকাইগী কনাগুম্বনা ঙসাইদা লৈরম্ববু হাইনা হাইবদগী হেম্না কৃষ্ণচন্দ্রবু কীবদগী রা বাংথোকপা ঙম্নমদে।

বাদু তাবদা রণজিৎনা মমিৎ শংত্রিক শংনা মকুবোক-লোমদা য়েংলগা হাওতোম্বীদা অমুক ওনশন্দুনা মথুং লোম্নদুনা হংলকই

অদুদগী ইমা, করম তৌরে?

অদুদগী ইবুংঙো, নমাবু মখোইদা পুরগা নপাগী শোরাংতি মখোইনা শোল্লে। নমাবুনা মীগী থিনা ঙাংনকম ওইনা মখোইগীদা থমলে।

মচু তাবদা রণজিৎকী মমিতঙী পী তাখিবা মকম খংহৌদে। কপ্না কপ্না হাওতোম্বীদা হাইরকই—

ইমা, লিয়ো ; অমত্তা থাক্লগনু।

ইবুংঙো, নমানা বদনাম ফংনা ফংনা নংগী চেংলৌ য়েংহনা অবাবা কোঙ্গাই, ইকাইবা কোঙ্গাই কাওনবা হোৎনরম্মী। নংবুদা চাওনবা য়োক্লগা মতুংদা লমন শিংগে হাইনা নমানা থাংলম্মী।

অহুদগী ইমা, নংদি কপকনু. কপ্লবদি রা তম্বা য়ারোই।

কৈ, ইবুংঙো. ঐ কপলোই নংগী নিংবা থুংনবতা ত্তৌগনি। অহুদগী নোংমা নংবু তুমহনা লৈরিঙৈদা পুথ্রগা হুন্দোকলুরে। হল্লক্লগা গৌরহরিনা নমাদা হাইরে। নমাবুনা কৌহন্দুনা থনম্মী। নকুবোক্লা উশম্লমদে।

রণজিৎ থরাই পুবা য়ারমদ্রে। ইংনা লৈগে তপকে থল্লম্বনি। অস্তুম অস্তুম থল্লুরগা লৈবা য়ারকত্রহুনা মনাই নিপা শামুবু কৌরগা হাইরকই—

শামু. ইকুবোকপু থৌরিনা পুন্দুনা থম্মু।

শামুমু রণজিৎকী য়াথং লৈপাক তাহনখিদে, থুনমক

কৃষ্ণচন্দ্রবু মখুৎ পুন্নশী। কৃষ্ণচন্দ্রনু করিমতা হাইরমদে। অদুদগী য়ণজিৎনা হাওতোখীদা হাইরকই—

ইমাশকপী চুংশিবী, হাইবু করম তৌরে অদুদগী ?

নমানা নংবু উদবদা চুংঙাইখিত্রদুদা গৌরহরিবু থাংনা খিলহন্তু্না অহিংদা হাৎলমলগা উমং-রামংদা হৌজিকফাওবা লোত্তু্না লৈ। কৃষ্ণচন্দ্রনা নপা হাৎপশী বিচারদি খিংলগা মনাওনিপা চাৎপশীদি রায়েনশংদা রাকৎকে নিংই। মশানা বিচারপতি ওইনা ওইনা নমাবু মীহাৎপীনি খংনা খংনা করিমতা তৌবা ঙমখিদ্রে।

অদুদি ঐবু পোকপী পংলমদি হৌজিকফাওবা লৈরিবনা ?

লৈরি, মতম চানা ফোঙলকনি।

ইমাগী মিংদি করি কৌই ?

নমাদি থৱাল কৌই ইবুংঙো।

কদাইদা লৈ তাকপা ঙমবিগদ্রা ইমাশকপী।

ঙমগনি ইবুংঙো।

করম্বা মতমদা ইমাবু উনবা ফংগদগে খংব্রা ?

অদুমু থংই ঐ লোইনমক।

অদুদি করম্বা মতমদা ?

ইমা।

নমাদি নংগী রাপক মতুং ইন্না অহুগা রাধাগী যাথং মতুং ইন্না লাকনি। মতু নত্রবদি—

রা অসি লোইফান্নিবৈভনা রণজিৎনে রাধাগা মেঘচন্দ্রগদা করিগুম্বা অমা নিজবগী মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। মতু উবদা মেঘচন্দ্রনা রাধারোমদা পিখ্রো হাইবা শকয়েংনা ইঙ্গিত তৌরম্মী। রাধানা মতু পুন্নমক উরহনা হাইরকই—

ঐমক্লা নংবু ঙাইহাক্তং উদবদা অস্থক রাম্রবদা নংগী পলেমদি কয়া রানা লৈরম্লগনি! খুনমক উননবা তৌ।

রাধাগী য়াথং ফংলবদা রণজিৎনা হাওজোম্বীদা হাই-রকই—

হৌজিক্তি ইমাগী য়াথং ফংলে, ঐগী রাশকপদা মঙাইরে। করম্না শক্লগা ইমানা য়াদৌরিবা?

নমানা পাম্বদি অসিনি —

হাইয়ু।

নমাদি মীহাৎপীনি, নংনা বিচারপতিনি বিচারপতিনা মীহাৎপী নমাবু কল্লোই হাইনা রাশক্লবাদ নমা লাক্কনি হাই ইবুংঙো।

করিগীনো অহুক য়াম্না কনবা রাশকতি?

কৃষ্ণচন্দ্রগী মথক্তা লমন লৌনবগীদমকনি।

মরাল লৈত্রবী ইমাবু ওৎপগী লমনবু অতুরা ?

মানি। নমানা পাম্বদি কৃষ্ণচন্দ্রদা করিমতা তৌদবা। হৌজিক কৃষ্ণচন্দ্রবু পুন্নিবসি থাদোক্লবদি নমানা তারগা য়াম্না মুংঙাইজগনি। কৃষ্ণচন্দ্রনা লৈবাক্কী অঙম্বা ওইরগা মচা-মনাও কনগদবগী থোংনবা—অতুগা মংনা অচুম্বা লম্বেলগীদমক নমাকাওবা কন্নবা। অতুতনা কৃষ্ণচন্দ্রবু লমন লৌবা হাইবতু নমাগী ওইগনি ইবুংঙো।

হাওতোম্বীগী কল্লবা বাহৈ অসি তারগা পাথংলতুনা রাধানা ইফিং ফিংনা হাইরকই

ইচে তোম্বী, করিনো নংনা হাইরিবদো ?

ইবেম্মা, ঐনা করি তৌবা ঙম্মী ? রণজিৎকী মমানা পাম্বদা হাইবনি। মচাগী ধর্মদি মমানা ঙাকনিংই।

রণজিৎনা মকুবোকপু পুন্নিবতু থাদোক্লম্মী অমুদগী পুরোন তরেৎ যেংনা রাশক্লগা হাইরকই—

ইমাশকপী পুরোন তরেৎ পন্দুনা রাশক্লবনি ইমানা নিংবা থুংগনি।

রাধাগা মেঘচন্দ্রগদি বম্র তাবগা চপ মান্নরমম্নে। অদুনা মখোইনিমক চপমান্ননা রাখ্রদুনা হাইরকই –

করিনো ইবুংঙো, নমা লাঙদবীদুবু ?

রণজিৎকী মিংলু অনিদগী পীগী ইরা শিন্দ্ররম্মী, মচিনবান্দদি মোমোন নোক্লগা খুম্নকই –

হৌরকপদা ইমাদো লাল্লমদে। থরাই লৌবগী থরাই পিবা হাইবদুদি তোকপা য়ারোই।

বাহৈ অসি তাবদা মখোই অমুক হেন্না রারম্মী অদুগা হাওতোম্বীদি মোমোন মোমোন তৌরম্মী। অদুদগী রণজিৎনা হাইরকই –

হাইরো ইমা তোম্বী, ঐবু পোকপী পলেমদো কদাইদা চৎলগা ফংগনি ?

ইবুংঙো, নমাগী মকম তাকত্রিবৈদা ঐমা নিংবা অমত্তদি থুংহন্নু। নংনা নিংবাদি অম্নুক য়াম্না থুংহল্লে।

হাইম্নু ইমাশকপী, ইমা অপোকপী নত্তে হাইবদনি, নংনা হাইরদ শগ্রাহ ফাওবা কৎকদবান।

অদুদি নমা মীহাৎপীগী মতেং পাংবীনি হাইদুনা ঐবু হাত্তকড়া চন্দুনা লেলদা থম্মু

ওম্মোই অচুদি ইমাশকপী।

ওমদবা য়াদে, নহাক বিচারপতিনি।

মমিত্তগী পী শিঙ্ঘরচুনা রণজিৎনা রাশরুম্মী। অচুদগী ভুমিরা অচুম লৈথোকখরে। রাধানা হাইরকই।

হাইরোদনা ইচেতোম্বী হৌজিক্তি।

রণজিৎরোমদা ওনশল্লচুনা হাওজোম্বীনা হাইরকই—

মুংশিরবা পারি-ও, নমা-নিংবা নহাক্না নমা ফংদবা হৌনবরা? নমাদি নমাংদা লেপ্লিবসিনি।

অচু তাবদা রাধানা অঙ্গিং-অফাই ওইনা হাইরকই—

ইচে, নচাদা বর পিয়ু, মতম পুন্নমকতা নংবু সেবা তৌবা ওম্বা হাইনা।

য়ারোই ইবেম্মা; হাওজোম্বীগী যুগ লোইরে। নচা রণজিৎকী রাশক কাইহনগম্মু।

ইচে-ইচে।

রণজিৎ কপ্পা কপ্পা হায়রকই—

ইমা, ইমা! নক্না লাপ্লম্বী ইমা। ঐনা য়োবা ওমদনা লাপ্পগে হাইরবোইকো।

ইমাগী ইবুংঙো, খুৎ-পুন্নরো।

রণজিৎ য়েংহুনতা লৈরম্মী, অহুদগী হোৎচন্দুনা মমাগী মখোং অনিহু চেজেৎনা কোনশন্দুনা মপীনা মমাগী মখোং শেংদোক্লম্মী অহুগা থরো থরো ওন্দুনা ইমা, ইমা হাইনা কপ্লম্মী।

থম্বালদি থম্মোয়দুংদা কপ্লম্মী অহুগা মচিনবান্দদি মপুংফানা শাৎকাইরবা লৈরাংগী মতৌগুম নোক্লম্মী। মচাগী মতৌ ঙাইহাক য়েংলগা কাইরকই

পুল্লরোনে ইমাগী ইবুংঙো, নংবু ঐনা য়াশক অনিনা পুল্লবনিনে। হমাবুস পুল্লরো।

বিধি বিধাতাগী নোংদম্নি! মমানা মচা চাওবা ঙাই-জরকপাদি মচাগী মথ্বাই শোকপা থনক পাংথোক্লবগী ওইখরে। য়ায়েনশং লৈতেলুবদি মমাগী নরাশবু থিনবা য়ায়েল-কাটি পাইনবা ওইরেকো হাইনা থন্দুনা তপ্পা তপ্প মমাগী মেংলবা খুদাং অনিহু পুল্লহুনা মিংলুদগী তপ্ তপ্ তারকপা মপী মরিক অনিনা বিধিগী সাক্ষী ওইখিরম্মী।

থম্বালদি পোকচমজ মহৈ চাজয়ে শিরবস্ত্র পেল্লে হাইনা নাক্কা নোর নখুৎ পুল্লবা থোারহুবু কত্রংগী রক্ষাকবচ শিবগুম্না মপুক্লিংদা খঞ্জরম্মী। রণজিৎকী মনাইনিপা শামুনা

থম্বালবু পূহুনা থামা তাম্না চংখয়ে। রণজিংকা মাথাগা মমা মচা অনিনা কোম্নহুনা ওন-থোইনা কপ্‌হোই। য়েংহৌরিবা মীপুম খুদিংনা মরৈ-খংপা থোকখিদে, পীগী ইরাতনা থম্বালদা বিদায় পিখিরম্মী।

---

## তরামন্নি

রণজিংকী ছুটি লুমিং লোইরে।

মমা-মচা রাশক্লবত্থ লৈবাক শন্না শন্না খংনখরে। মচি নচি খুদিংদা মথোইনিগী রাদমক ঙাংনখয়ে। বায়েল-চুম্বা রণজিংনি, মমানি হায়হুনা কনবিগদোবা লৈতে; অদুমক্লবু মমা-মচা রাশক্লখিবনি- অম্মুম্না চিনবান খুদিংনা মাকোং খুদিংদা ঙংনরম্মী।

থরা অমনা অমুক অম্মুম্না শোম্নরম্মী—মমাগী হাক্তক অসিদা উয়োক-ল কাক-ল হাইবহু শোইদনা থংমগনি। কাকনা মচু অঙৌবা শংহুনম্নু থোংলকপা মতমদা কদৌঙৈদম্নু উয়োকুম থোংঙ যাবা নত্তে।

রণজিৎতি করম্না খল্লি ?

মালেম-থক্তা ভারকপা সুমিৎতা য়াইবী-থরাই কয়বা খোম্লাং-অমৃত ইনবিখিবা মমাগী মফমদা থম্মোই কয়িংবা নিপা অমদি ওইরমদে। অহুগা মশামকন্না থংই, মমাচু মরাল লৈতে হাইবা য়াই হাইবা। মচা কৌবগী সুং-শিন্নৈবা পুকচেলহু রণজিৎকী করিমতা য়াংচরমদে।

অমরোমদা মমাবু কন্দুনা মচাগী তৌফম খোকপা— অমরোমদনা অমুক মমানা তৌহল্লিংবা তৌফুন মমাগী য়াপং ইল্লগা মচাগী তৌফম খোকপা।

কবুই কৈওইবা ননিং-নমাং হোত্রোং হো হাইব দশাহু রণজিৎকী ওইররে।

অম্মুম্না তৌফম থংদবা কৌবা য়াথলগী পাক চাওরবা ইপাকতা তাওফিং তাওফিং লৈবনা লোইদান খাবুন অমগা মথাই হৌখরে।

নোংমদি।

য়াধানা মচাবু কৌয়হুনা হাইয়কই ইমাগী ইবুংঙো, করি খল্লি ? নমাবু কল্লরোইদরা ?

মমাগী য়াসি তাবদা করি খুমগদগে হাইবা রণজিৎকী

বুদ্ধিনা লাম-খোংপা ওন্নমদে। তুমিন্না তঙক্ তঙক্ য়েংহুনা লৈরম্মী।

রাধানা মমিত্তগী পী শিন্থরদ্দুনা মচাগী মকশিল্লবা মাইখোং অহু য়েংহুনা লৈবদা খাংবা ওন্নক্ত্তুনা অমুক হন্না হংলকই।

হান্নুনে ইবুংঙো, ইমানা হংবা খুমক্রিববু করি তৌরবগেনে ?

ওসিদি রাধাদু রানোম্বা হৌরকলে। মচানা বিচার-পত ওইবা সুমিত্তগী ওসিফাওবা অসিদা কনামত্তগীদমক রানোম্বা হাইবদু তৌরক্তি। মীনা নোমহন্দবা নত্তে। মশানা তৌজনিংদবা মরম্মনি।

অদুবু !

জগৎকী চক্র মথক-মখা ওনখরে। রাধা তুমিন্না লৈবা ওন্নক্তরে। রণজিৎকী মমা ওইবগী ভাকন্দু নৎলমদে— থম্বাল অদু রাধাগীদি থরাই ওইনা লৈরক্লবনি।

রণজিৎনা করিমতা খুন্নমদে; তুমিন্না অদুম লৈরম্মী অদুদা! অমুকন্দু হন্না রাধানা হংলম্মী—

নংনা করিমতা খুমদববু কল্লরোই হাইরিবরা ইবুংঙো ?

ইমা

মমানা ফুইনা ফুইনা হংজাক্লবত্থদা লৈবা মারক্ত্রহনা রণজিৎনা অমুম্না খুম্লকই —

ইমা ঐসু থংত্রে। নহান্না বিচার লোইবা মারবনি। অহুদা রাশকথিবহুনা ইমাহু মশা কন্নবা রা অমত্তা হাইমু হাইবা য়াগনি থাজদবনা ঐসু থনজামহনা লৈরবনি।

নমাহুদি করিসু লান্দে নিংইনা ইমাদি।

মঙোন্দা তৌরবা মীগী মরাল অহুদি ইমানা বাকৎ-লোইদৌরি।

নমানা তৌত্রবসু নহাক্না মচানি, মচানা মমাগীদমক রাকৎপা রাজা। মহুসু য়ারসু। নংবু পোকপা পক্লেম পম্বো হাৎপগী রাদি মচা নহাক্না পুথোকপদি করিগী য়ারোই।

রণজিৎ অহু রাধাগী আইন- বুদ্ধি অহু উবদা মোমোন নোক্লকই। অহুগা হাইরকই—

ইমা, ঐনা মহুগী রাহু পুথোকলুহুনা করি কারগনি? ইপাবু হাৎপা মীহুদি শিখরে, মাগী মক্কৎ শিন্দুনা কনানা দণ্ডি ফংবিগনি?

নমাবু কাহুনা পুখিবগী দোষদি করম তৌরবা?

ইমাবু মখোইনা কাহ্লনা অরাবা পিবহুদি ইমা মশামা রায়েলশংদা রাকৎচগদবনি। ইমা লৈনা লৈনা ঐনা করি তৌবা ওমগনি ?

নংবু লমজাউদা হুন্দোকপহ্নগী মরালদি ইবুংঙো ?

ঐনা করি তৌগনি, গৌরহরিনা হুন্দোকপনি !

নংবু হুন্দোকলুই হাইবগীদমক নমানা গৌরহরিবু হাংপা নত্তরা ?

মানি। অহৈবু—

অহৈবু হাইবদি ?

ইমাদি বিচারপতি নত্তে, মথুংনা আইন শিজরবা য়াদে।

উম্ থংলে ইবুংঙো। নমা—নচা।

অসুম্না মখোই অনি রাবি শাবিত্তৈদা জেলদগী চাপরাসী অমা লাক্লম্মী অহৈগা থম্বালনা রণজিৎপু অমুক্তা উন্নসি হাইরকই হাইনা পাও তম্লম্মী।

ওাইহাক লৈরগা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা লোইননা রণজিৎ জেলদা মমা উনবা চৎখিরম্মী।

রাধানা থম্বালদা হাইজরম্মী। থম্বালদি করিমতা তাররদে। মোমোন মোমোন নোক্লহ্নুনা হাইরকই—

য়াথা অপংবী, শিগদংবা ঐনদি য়াত্রহনা নংনা অহুক য়ামা য়াৰিবা করিগীনো? শিবা হায়রবসি লমন ওইনা তোন্দুনা লৈরবান হাইবা নংসু থংলিবনি। মিংচং থিবা হাইবসি অরাবনি। রণজিৎকী মিংচং থিরগা নহাক মুংঙাই-গনা? ঐদি মহু ওম্মোই। অহু পুম্নমকী মথক্তা ঐদি কৃষ্ণচন্দ্রগী মথক্তা লমন থুম্নমদবা য়াদে। নখোই ঐনা নিংবসি কাইহনগনু।

অহুদগী রণজিৎপু কৌরগা হাইরকই—

ইমাগী ইবুংঙো, নংবু কৌবদি অতে করিগীসু নত্তে। ইমাগী বিচার লোইরো হাইগে তৌবনি। অসিদা অসুম লৈবসি ইমাদি পামদরে।

ইমা, ইমা!

য়াহৈ অতে অমা থোক্লমদে। মমাবু কৌবদগী হেন্না করিমত্তা ওাংবা ওয়মদরে॥

মত্তোহু উরগা থম্বাল-না অমুক হাইরকই—

ইমাগী ইবুংঙো, মুপীগী থম্মোইদগী নিপা ওইবা নখোইগী থম্মোইনা হেন্না কনবা মত্রা। নংনা য়ারিবদো অরেম্বনি! অতোপ্পা মীহাৎপা অমগী বিচারবু নংনা

য়ৈথোক্কুনা থম্বরা ? ঐগীদি নমানি হাইহুনরা ? নংদি ইমাগী-দমক লৈবা বিচারপতি নত্তে, মী পুন্নমক্কীনি। মথোই পুন্নমক্কী মনাইনি নংদি। ঐবু নংমা চান্না ত্তোরগা মীনা করি হাইগনি ? নংগা ঐগদি হৌজিক বিচারপতিগা আসামীগা লৈরিবা মরিহুনি, ইমা-ইচানি হায়রমা থনবা য়াবা মতম নত্তরে। ইবুংঙো, ইমানা নংবু মুংশিবসে ময়েং তাহনগন্নুকো!

'ময়েং তাহনগন্নুকো'— রাহৈ অমিসি থমুংদা থুং পাল্লম্মী। খোয়াং-অমৃত থকপা ফংলকই হাইবহুঙাই, মমাবু মশক মুন্না থংবা ওমজররক্তু বা রণজিৎনি। মমা পোক্কবীবু পোক্কবীনী হাইনা থংবা মুমিত্তগী ওসি ফাওবা থুংশিবা মচেৎ অমা ফাওবা হুহুরক্তি বনি। অহুওম্বা রণজিৎনা মমা অপোক্কপীবু মুংশিদবা কনৌডেদম্ম ওইরম্মোই।

মপাগী বাশকপা ডাক্কবা হাইহুনা শ্রীরামচন্দ্রনা মপা মুংশিববু মথরাই থাহনখিবদি রণজিৎনা পুন্সিগী ফীদমনি হাইনা থম্লম্মী। জগৎকী মপু শ্রীরামচন্দ্রনা বনদা চৎজরোই হাইরবদা কনানা থিংবীগদগে ? অহুবু বাশক-কাইবা মপানা নরক কুণ্ডদা ত্তোরুবগী শরুকপুদি মচা কাইনবগী মৈচাক ওাইহাক ফংলগা থরাই থাবনা হেন্না যৈফ হাইবহু শ্রীরামচন্দ্রনা

ইমা

খন্দোকখি অমুগা বনদা চৎপগী অরাবদা নত্তনা মপাযুংগা কাইনবগী মৈচাক অমু খাংহুনা মপা মুংশিবগী খোইরবা খুদম উৎখি।

মতৌ অসুম্না মুংশিবা মসুংশি অমু খম্বালনা মচা রণজিৎতগী পামজরম্মী। মসি খংলহুনা রণজিৎনা খুম্মী—

ইমা, ইমাগী য়াথং শোইদনা ইনজগনি।

মাগী পাওখুম অসি তাবদা রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা 'করিনো রণজিৎ' হাইনা লাওরম্মী।

খম্বালনা মুংঙাইবনা মখোল রাংনা নোক্লম্মী।

---

## অরামতা

খম্বালগী বিচার মুম্লিংনি।

লৈপাক প্রজা অপুম্বা কারকুনা পুমনিন নিনখরে। করি রায় তারগবা হাইনা খোয়াংমা তাইহুনা লৈনরম্মী।

রণজিৎ অমু মমাগী বিচারনি হাইবগী মপুক মসুংদা

য়ারবম্ব মপাম্ফোংদা অবাবগী থুদম মচেৎ অমফাওবা উৎলমদে। মহৌশাগী মতৌওম মমাই মকা লাম্না মোমোন তৌনা নোকপা মমোক মচা অমনা মচিনবাম্দা তোংহুনা শাথোহুল্লম্মী। অউবা খিবিক্লা ওক্লা য়েংলম্মী।

ওাইহাক লৈরগা থম্বালবু বিচারগীদমক পুথোম্লক্লে। মমাবু উবদা রণজিৎকী থম্মোইদা থুক লাওনা অমা তৌরম্মী, অছুবু মছু মপাম্ফোংদা উৎত্তবা ওম্লম্মী।

করিগীম্ব রাদফম থোকই! মমানি, পুন্সি অসিমগী উবা অমুক ফংলরোইদোবনি অছুম্ব তোক্লো, মমাবু হুংশিদবা জীব কনা অমা লৈরি? রণজিৎনা মমাবু হুংশিবদি শিংনা হুংশিজবদনি, অতৈনা পংনা হুংশিবনি।

চীং লেম্না ফম্লহুনা মথুম্মা চেৎনা কলম পাইরম্মী, মমাংদা চে-মুক থনম্মী। অর্জ্জুননা গাণ্ডীব থাদোক্লোই বাণকপওখনি। মমাংদা লেপ্লিবী হুপী অম্বুবু য়েংলহুনা হংলকই –

হুপী নহাক থম্বাল হাইবহুব ?

মানি ঐগ্যা!

ফরিয়াদীম্ব নহাক ওইরি হায়বা চুম্ববা?

চুম্মী ঐগ্যা!

আসামীন্ন নহাক ?

ঐগ্যা !

আসামীনা ফরিয়াদী ওইবদি হাংলুরিবা মীহুগী কমামতা লৈত্রবরা ?

লৈরিনি, অদুবু মখোইনা রাকংচদবনি।

মখোইনা রাকংত্রবদি আসামী ওইগদৌরিবা নংগী নখৌ করি লৈ ?

বুদ্ধি চোইরবরা অঙম্ববু ?

করিগী ?

শিরিবা মীহুগী মরিমতানা চোংথোরকপা চোংথোরক্কবা করি ওাইফম থোকপগে ? লৈবাকী প্রজা অমবু অমনা হাংলবদি মীচাংপা অদুবু ফাহনা রায়েলশংদা বিচার তৌরগা শাস্তি পিবদি লৈবাক ওাকপা মীগী মথৌ নত্তরা ? মখোইনা পাও শসি তাগ্রিডৈগীদি তাগ্রিডৈংনি. তারবদি মখোইনা ফরিয়াদী ওইহুনা বিচার লৌথংকদবা নত্রা ? অদু ওইরবদি আসামী ঐনা ফরিয়াদী ওইবা ওইদবগী করি অমুক থম্নফম লৈরিবগে ?

করে অদুদি ! করিগীদমক হাংলুরিবনো ?

ঐগী ইচা হুনদোকপিখিবা অচুপা মমা ওইবগী মুংণাই-ভচুনা হাংলুবনি ঐগ্যা।

থবাইগী মচুত্তি থবাই ওইগনি হাইবসি থংজ্রা মংদি?

থংই, থংমা থংনা হাংলিবনি।

করি হাইনিংবা লৈরি?

করিমত্তা লৈজদরে ঐগ্যা।

করিমত্তা হাইররোই? নশা কমবা বাহৈ অমত্তাওবা হাইররোই?

লৈখোম্না শাবা ইশা অসিবু কমবা তুক্কচম্বা থবক অমত্তা তৌজররোই ঐহাক্তি।

নংগী সাক্ষী কনা কনা লৈরি?

সাক্ষী অমত্তা লৈজদে। সাক্ষী হংবিচুনা করি কাম্নগনি, মখোইনা ঐগী থবাই কনবস্নু ওমলোইদৌবদা।

নশানা জ্ঞান তানা মীহাংলি হায়বা য়ারবনিমা মত্তিক ওকপা দণ্ডি পিবদা নংগী করিস্নু আপত্তি লৈরেদনা?

করিমত্তা লৈজদরে ননাই ঐহাকী। মনাই ঐনা মত্তিক ওকপা শাস্তি ফংজবদি জগৎকী মযাংদা ইচা নিপাকী মকমদা লমন অমা তোনবা ওারে। ইচা নিপাচবু বাশকহৃদয়বিবচু

ইমা

ঐনা অমদি ইবুংঙো অতম্বমা থুগাইবা তারে, অদুনা মতিক চাবা দণ্ডি অমা বিচারপতিনা কপা তৌবিয়বদি ইচাগীম্ভু ঐগীম্ভু বিচারপতিগীম্ভু স্বর্গ ফংগনি।

ফরে অদুদি, সুপী, ঐগী রায় হাইরগে। নহাক মী অমা নংগী খুসীনা হাৎপগীদমক মরম অকবগী ওইরবস্থ মী হাৎপা হাইবদু থোকলে। নংগী মতিকচাবা শাস্তিদি ফাঁসীনি।

মীয়াম পুম্নমক ওকথনা রায় অদু তারম্মী। তুম্মিন-তুমিন উন-বাইমুক চিকলম্মী। থম্বাল-না অচিকপদু থুগাইদুনা হাইরকই—

য়াম্মা হরাওনা শাস্তি অদু ফীগাও শানা য়াজরি ঐগ্যা! ঐনা থরাই মত্তা থাগদৌরিবসিনা জগৎকী ইতিহাসতা ঐনা অমত্তা পোকচবা ইচাগী অচুম্বা চৎপদু লংলবা মরেক্না ইদুনা লৈহৌরগদবনি।

অদুদগী থম্বালবু জেলদা পুশনখরে। লৈবাক প্রজা তিত্রবা অপুনবা ওক্না ওক্না রণজিংকী রায় অদু নিংশিং-নিংশিংদুনা ময়ুম হন্নখি।

---

# তরাতরুক

রণজিৎ ময়ুমদা হল্লকলে। অসোমদা মথৌ পাং-থোক্লমলে—মমাগী য়াথং ঙাকপা অদুগা বিচারপতিগী বিচার। মুঙাইফম থোকই। মীনা থাগৎকনি হাইবগী ঙাক নত্তে, থৌ পাংথোকপগী ঙাক নত্তে, মমাবু মুংশিবনা য়াথং ইনবগীমুনি।

থাডৈশেংবমক্তি মুংঙাইবা অসিতনা মাগী থবাই-হকচাং পুম্বহ্ পুমশিন্ শিল্লম্ববরা?

মদুমক্তি থোক্লমদরে।

মীওইবগী মশাদা থাইন-মৈচাক অমা চাকফম থোকপ-তুদি রণজিৎকীদি তোকপিয়ু হাইবা য়াম্বম্বরা?

য়াফম থোক্তে, করম্না য়াগনি? মাদি মী নত্তরা?

শ্রীরামচন্দ্রনা মপাবু থাদোকুমা চৎপবু থাইনমৈচাক লাংদবা য়াখিদে। মহাক্না প্রজাগী পেম্নবা তৌবদি নিংথৌগী মথৌনি হাইদুনা সীতাবু বনদা থাখরবস্ত্র সীতাগী থাইন-মৈচাক অদুনা কৈম্বে চাকপগুম হৌদুনা শ্রীরামগী থম্মোই পুম্বা চাকপহ্নদি তোকউ হাইবা য়াখিদবনি।

# ইমা

অহুগা রণজিৎতি মমা মুংশিরবীবু শিজরুবো হাইনা থাদোকপদি করি-করম্বা শক্তি অমা লৈহনা মমা খাইনবগী মৈচাক অহু থাংবা ঙমগদগে ?

চুম্না মপুক্সী লোইরহুনা শিথিবা ফাওবা মচা কৌবা মী থুদিংমক্পা মমাগী মৈচাক থাংবা ঙমদে। রণজিৎকৌদি কদাই ? মচিনমক্পা শিবগী য়াথং থাবা!

বামনখিবনা মশা অহু পুবা ঙম্মক্রহুনা শোরো শোরো চিংহুনা মযুমদা য়োবা য়ানবা হোৎনরম্মী। তাইবং শাংনা ঙাম্মোইরবা কোরৌহনবা মুমিংকী মঙাম্না পুমঙান ঙাম্নবা পাকচাওরবা লম্বেল অহুবু শুক্লা মম্লবা লমহাং ওইনা তৌথিরম্মী। মম্বদা নঙনা নাকোং ফাওবা পংশম্লম্বগুম তৌরম্মী। লম্বেলদা থেংনবা মীশিং অহুনা মখোন থোকনা রা ঙাংনববু করিমত্তা তাদবগুম তৌরম্মী।

করিমত্তা উথিত্রবা তাথিদ্রবা অহুগী মরক্তা মমাগী শককম অহুদা উরম্মী, মমাগী খোম্থাং অহুদা তারম্মী। মমাগী মুক্তিগা খোনগনা মমাগী থরাই হকচাং পুম্না চিংশিন-খিবনা হকচাং পুরিবা ইস্লিশিং অহু মখোই মখোইগী মখৌ কাওথোকখিবগুম তৌরম্মী।

## ইমা

মীওইবা পুম্নমক শিগদবনি খংনা খংনা মমা মুংশিবগী মৈচাক্লা খংখিদবা রণজিৎ অহ্ৎ য়াম্না বানা মমুম থুংজরয়ে।

রাধানা মচাবু উবদা 'ইবুংঙো' হাইনা কপ্পা হৌরম্মী। মাদি ওসাইনা বিচারগী বা তারক্নে। অহনা পাও তাবদগী হাম্নম্ না লৈজবমথৈ কপ্লম্লবনি। মচা উবহ্নদা অমুক হন্না মপী অহ্ৎ থেমজনবা ওম্লমদয়ে।

মমা রাধাগী শকফম অহ্ৎ উবদা রণজিৎতু অমুক হেন্না থৱাই পুবা য়ারমদয়ে। অরাবগী মথক্তা অরাবা মরোল মরোল হাপচল্লকপহ্ননা মশাহ্ পুবা য়ারক্তহ্ননা ফমুং তাম্না চংলহ্ননা ইন্দ্রি পুম্নমক শিথরবা য়ু-থকপা মীওম মফম মৱাং খংদবমথৈ ফমুংদা মশাহ্ থাদরম্মী।

পুক্লিংনা চোইরবহ্নদা ইন্দ্রি পুম্বা শিথরকলে। জ্ঞান পুম্বা মাংশল্লকলে।

হৌজিক্তা ইকন কন্না লৈরম্বা রণজিৎ ইখং-খংহৌদনা শোম্হখিবহ্ননা অনাবা হাইবহ্ ওইথরে। উভুপ অমা তাব-গুম তারম্মী। অউবা মীনা ফীভম অসিদি য়োৗয়ে হাইনা হাইনরক্নে।

ইমা

খোইরেন মশা পাইবমখৈ মেঘচন্দ্রগা কৃষ্ণচন্দ্রগা অনিনা মাইবা মাইবী থিবা কোইচেল চেন্নরক্লে।

রণজিৎতি করম তৌরি?

জ্ঞান অমুক মাংই, জ্ঞান অমুক হুন্থরকই। হুন্থরকপা কালদা মমিৎ অনি অহু কোইনা কোইনা য়েংলকই, কনা-গুম্বা অমবু খৌরাংনা উনিংবগুম য়েংবা মিৎয়েংনি।

অহুদগী লৈত্রে হায়রবরা করিনো খংদে অমুক মিৎ অনিহু উইশিল্লম্মী। ময়ামদনা মিৎ উইশিনবনি অহুগা মঙোন্দদি জ্ঞান মাংহুনা তৌরম্বনি।

রাধানা খুদক অহুমক্তদা মিৎ উইশিনখিবসি জ্ঞান মাংবরা হাইনা খংনবা হাইহুনা ইবুংঙো, ইবুংঙো রণজিৎ হাইনা কৌরম্মী। পাউখুম অমফাওবা লাকপিদে! তাইবং-মালংদা মুংঙাইনা তুমজরিবা মচাহুগী নাকোং য়োবা য়াবা খোনদি রাধানা পুখোকপা ঙম্বা নৎলমদরে।

মতৌ অমুম্না মুমিৎ শিংবুম তরেংনি গুজল্লক্লে মাইবা মাইবী খুদিংমক্না হিদাক থাবদা মহৈ অমতা য়াজদরে। মখোই লোইনমক চপ মান্ননা হাইরে, অনাবগী হিদাকতি মমা থম্বালতনা ওইগনি।

মমা থম্বাল !

অনাবগী হিদাক ! করম্না ফংগনি ? জেলগী মমুংদা থোং-শো কন্না লোন্দুনা সন্থ্রী থমহুনা মথুংমক্তা পুথোকপা য়াদবমখৈ থমজিল্লম্নবা থম্বালবু রণজিৎনা করম্না উবা ফংগনি ? কনানা মাবু যমনা ঙাইহুনা লৈরিবা লম্বিহুদগী মমাই ওল্লো হাইবা ঙমগদৌরিবা ?

অম্মুক তাংখরবা হিদাক অসিমতং নত্রবদি ডাক্তর মাইবনা গতি লৈজরবা ? লাইনা অসিগী অরম্ববু পুবা ঙমরহুনা রণজিৎনা থবাই-য়াওরবা উতুপকুম তাহুনা লৈবা অসিবু শ্রীবিষ্ণু লেংলক্তুনা মাগী কমণ্ডলুদগী গঙ্গাজল চাইরহুনা হৌগৎহনবা নত্তনা উপায় অমতা উনখিদরে।

মপুরোইবগী দশা উরবা মণিনা থবাই রাবদগী হেন্না করিমতা ঙমজরমদে। মানা অহুক তৌরম্বা হাইববু লাইদা তুলসী পত্র কতুনা মপুরোইববু নিজবা নত্তনা করিমতা তৌনিংঙাই লৈজরমদে।

লৈপাক পুম্নমক অমতা ওইনা ঙাংনখরে, রণজিৎতি মমানা ফাঁসীগী কৈরাক কাস্ত্রিঙৈগী মমাংদা মমাগী মাং থাহুনা চৎলগনি।

ইমা

মরুপ-মপাং কয়া লাকই, অনাবহুবু য়েংলগা অহুম হনখি। কনাগুম্বা অমতনা মাগী মরূপ অসি হিংবা য়াইনা হাইহুনা হনখিবা য়াওদে।

অনাবনা করম তৌরি? চাংজৎ অমতদা ভাওহুনা লৈরি। জ্ঞান অমুক হুম্বরকই, অমুক থুনা মাংই। হুম্বগা মাংবগা মাংবনা মতম হাইনিংভাই লৈতনা শাংলম্মী।

মরক অসিদা কৃষ্ণচন্দ্রনা করম তৌরি?

মানা শিন্‌বনা মমাকনিপাগী দশা তারিবনি হাইনা খল্লম্মী। অহুনা মমাকনিপাগী মাইবা শাগে নিংখৎলহুনা মমাকী অনাবা নিনি চনবদগী হৌনা থম্বালবু কন্নবা হোং-নরম্মী। মহাক্না আপীল তৌজরম্মী।

থম্বালবু শিবদগী কনবা ভম্বা য়াই, অহগা মীহাৎপীবু জেলদগী থালাস ওইহনবদি ভমবস্মু য়াই ভমদবস্মু য়াই।

রাধাখোই মেঘখোই পুম্মক্না মানা হোংনরিবহু থংই। অহুবু আশাদি লোইনা থাদোক্লম্মী। করিগুম্বা আপীলনা ভম্লবস্মু মচানিপানা তাইবংপাল থাদোকখরবা মহুংদা থোক্লবদি মচাগী থরাইদি কনবা ভম্লরোই হাইহুনা চিংনজরম্মী।

অম্বম্মা থুং থাহুনা লৈরবা অহুগা অশিবগী মমিনা

মূনা মূনা য়েংবা হৌরক্লবা মতমনি। রাধাগা মণিগনা থম্মোইম্নুংদা কপ্পদনা পাঙ্গল ওইরবা তাঙ্গানি।

মুমিং মুংবা মতুংনি। রণজিৎ অদু কোরৌহনবগী য়াক্লবা মুংশানা নম্বগী মথক্তা অমুক হেন্না নমলুবদগী জ্ঞান মতেক অমা তারম্মী। মিং অনিদু থাদক্কী অঙাংনা য়েংবগুম পাংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী অমুক কোয়েং য়েংবা হৌরকই। কোয়েং য়েংলুরগা অমুক ভুমিন্না য়েংদুনা লৈরগা ইমা, ইমা, হাইনা শোল্লবা মীরবা খোজেলনা কৌরকই। মনাক্তা ফম্লিবী রাধানা ইমাগী ইবুংঙো হাইনা খুল্লম্মী।

অদুদগী অমুক ভুমিন্না লৈরম্মী। মফম মরাং খংহৌদনা মঙাল অমা উবগুম তৌরম্মী। স্বর্গদগী লাকপা মঙালগুম্বনি। মচিনবান্দা নোকপগী মতৌগুম্লদুনা রাধাগী মাইকৈদা মাগী মিং অনিদু থম্বগুম তৌদুনা লৈরম্মী।

ঙসিদি মচাগী মীদুন হম্বরক্তুনা মখোই পুম্ববু অরাবদগী কল্লগদৌবগুম নিংলম্মী। রণজিৎনা শোল্লপ্না হাইরকই—

ইমা, ইমাদুবু উরম্মী, মিং পাংথোক্লকপদা লৈরমদরে, কদাইদা চংথরবগে?

রাধানা খুমকম খংলমদে। মচাগী চোইরোল অদু

ইমা

তাবদা মথবাইদি পুবা ওয়মদে। করি হাইনা খুমগ থংলমদরে।

তওক তওক য়েংহুনা লৈরম্মী। মানহুম মুং ... ওইরমলে। মমা-মচাগী ফীভম অসি য়েংবদা মখোই ... চৎমিন্নখিগদৌরিবরা হাইনা খল্লকলে।

মতম তাঞ্জা অসিদা মশম মনা ইফা ফারহনা অহু প্রেং প্রেং চংশিল্লকই। মচাগী মনাক্তা লেপ্পুনা ভাই মচাগী মতৌহু য়েংলগা মমিত্তগী পীগী ইরা থংহৌ শিঙ্খরম্মী।

অহুদগী মচাগী মনাক্তা ফম্লগা ইমাগী ইবুংঙো হাইহু, মরাইবক অহু মথুংনা নাল্লম্মী। মমাগী খুংকা থেংনবা ... জ্ঞান মাংলুবা পুম্নমক নোংথাংগী পাঙল চিংশিনব ... পুংহন হল্লম্মী অদুগা হরাওবনা চিংনা চিংনা কৌরকই ...

ইমা, ইমা!

রাধাম্ম জ্ঞান হঙ্খরকলে!

অমুক—

রাধা—থ্রম্বাল—রণজিৎ মমা-মচা অহুম্মক মুংঙাইবগী ভাইবংদা পান্নখিসি হাইনখি।

---

লোইরবা